# অয়াওবা হিরম।

# কান্নবা ৱা ।

## লৈপাকলৈ ।

ওলাংথাগী লৈপাকলৈ,
থারুদনা হৌরকপী,
নিংথিজৈ ।

তাইবংপান শন্নবী,
শীংঙেন-লৈরাং ফজবী,
করিনো ?

নমান্নবা লৈরাংনা,
মপাল মউ ফারগা,
শাংলকই ।

নংদি হান্নবা শাংলগা,
কোম্না মনা চোংলিবা,
করিনো ?

লৈরাং নংবু করিনো ?
অনৌবমক্তী মশকনা
থংনিংই ।

অয়েম্বা মনা থমলগা,
কান্নবা মপান শাংকনি,
তাকপরা?

তাও লৈরাং নিংথিবী!
চিন্নাইদবী মরুপলোই,
হাঙ্গৈবিয়ু।

কালেন তেম্পাক অকনবা,
করি খুৎলাইনা থিঙ্গাঙ্গৈবা,
খংনিংই।

বজ্রমকনা ঙমদ্রিবী,
লৈপাকলৈমা অসিবু
ঙম্মিবা।

ভক্তিগী য়েকনবা লৈতবোই,
জোগাই মাধাইগী মতৌগুম,
ঙম্বরা?

পৃথ্বী মাতা কৌবীনা
মাহু উংকে, হাঙ্গৈহুনা,
য়াবরা?

লৈরাং নংবু য়েংলগা
নংগী ব্রাদি নিংশিংদ্রে,
খল্লকই।

মপুগী লীলা অঙকপা,
উংকে হাঙ্গৈনা তৌবরা,
থংনিংই।

কলিকাতা।
২০। ৯। ১৯ ইং।

---

## মপামমা অমস্তুং মচিনমচাওদা চৎকদবা লমচৎ।

ইপাইমা ইচিন-ইনাওদগী হেন্না মুংশিফম থোকপা অতৈ কনা লৈবগে? পোকপদগী মাখোইগী মুংশিবা অসি মীওইবা অপুম্বদা পুন্দুনা লাকলবনি; পোকপদগী ইমাগী তম্পাক্তা ওন্দুনা ইপুগী খুকউ কোন্দুনা, ইচিন-ইনাওগা তান্নহুনা চাউরকলবনি। মরম অসিনা হাঙ্গৈয়ু মাখোইদগী হেন্না মুংশিফম থোকপা অসি অতৈ কনা লৈরিবগে? ইশাগী চাওখৎপা ফংলগা ইশাগী মথেন ফারগা ঐগী তৌগদবা লোইরে হাঙ্গৈনা নিংবা অসি লাল্লি; নংগী নশাগী হোৎনবগা লোইননা নংগী ইমুংগী নমানপা নচিন-ননাওগী মরমদসু খন্দবা য়াদে। মাখোইদা করম্বা লমচৎব্যবহার চংকদগে হাঙ্গৈবা অহু নংগী অহানবদা খন্দুনা য়েংগদবা অমস্তুং তমগদবা হিয়মনি। নত্রবদি নংবু শানি হাঙ্গৈবদা করি লানবা লৈবগে? হাজংচাবা ষণদনা, লমলক্কী শাদনা মপামমানচিংবদা থকসি-খাসি নাইদবনি। মাহু লৈবদগী মীওইববু মী হাইবনি।

ইপাইমানা ঐখোইবু পোকপিরে, মাখোইগী থৌজান্না তেংবান-বগী নিংথিবা পুমনমক মিত্তা উজরে, ঐখোইনা নহা ওইরিঙৈ

ইশানা থৌঙমদ্রিবৈঙদা মাখোইমা ঐখোইগী অন্নাৎপা পুমনমক মেন-শিনবিরে; ইমাগী খোমজাং থকুন্না ঐখোইগী হকচাং অসি মপুং ফারকলে; ইপাগী থৌজান্না ইহৈইশিং তমহুনা মীয়ক তিঙ্গরকলে; নায়বদা অহিং মিশেংখাংহুনা লাঙ্কন্নবিরকলে; অহিং মুংথিল্লগইদনা পুকচেনতিংনা তেংবানবা শেম্বা মপুদা ঐখোইগী ফনবতা নিবিরি; অহুদা মচা ঐখোইনা অহুগুম্বা ইপাইমা অহুদা নত্তবা লমচৎ চৎলবদি মাহুদগী হেন্না পাপ চাউবা থবক অমা লৈরম্বা য়াই হাঙবা অসি ঐখোইগী রাখন্না লাম্বা ফংদে। ইমাগী খোম-নামগী লমনশিংবা য়াবা ধর্ম্ম কর্ম্ম অমা লৈতে হাঙবা অহু অহুম্বনি। অহুগুমহুনা ঐখোইনা ইপাগী পাম্বোমগী লমনস্থু তোন্দুনা লৈরবনি। মাখোইনা মুংশিবগী লমন্দি শিংবা ঙম্মরোইদবনি হাঙবদি চুম্মি; অহুমওইনমক ঐখোইনা মাখোইগী মফমদা ঐখোইগী পাঙ্গলনা ঙম্বমখৈ তৌহুনা ভক্তি, মুংশিবা উৎপা, ফজবা লমচৎ চৎপা, ফজবা রাহৈ ঙাংবা অসি মচা পুম্নমক্কীমক তৌদবা য়াবা থবক নত্তে। পোহুনা পমহুনা য়োকপিরকলবা মমামপানা ঙম্মকত্রুবা, শোল্লক-লবদা অতৈমক ঙমদ্রবস্থু পোহুনা পমহুনা সেবা তৌবনা মতিক ওই।

অহুমনা মচিন-মনাওগস্থু অমগা অমগা মুংশিবগী থৌরীনা পুন্দুনা লৈয়বনি, পোকপদগী মাখোইগা লোঙ্গননা চামিনথকমিন-নয়কলবা, মাখোইগা লোঙ্গননা শান্নমিন্নয়কলবা, ইমুং অমতদা য়োকমিন্নরকলবা, ইমাইপা অমতগী মুংশিবা মান্নবা ফংমিন্নয়কলবা মাখোইগী অমস্থুং মাখোইবু মুংশিবা অসি ঐখোইনা ককথৎপা ঙম্মরোইদবনি, অমস্থুং ককথৎপস্থু চুমদবনি। ইমুংমন্নুংগী মচিন-মনাওনা অমগা অমগা ফজবা লমচৎ চৎনরবা, অমগা অমগা মুংশিনরবদি ইমুং অহু ইংনা মরাতপনা পানবা থোইনা লুবা থবক নত্তে। অহু নত্তদনা অমগা অমগা খৎনবা, অমগা অমগা মুংশিনদহুনা কল্লক-য়েংথীনরবদি ইমুং অহু তপথবা লৈত্রবা শা-

য়োকশংগা মাইন্নে হাঙ্গৈবা অদুদা করি চিংনফম নৈবগে? অদুম তৌরবদি নংগী মুংশিরবা মমা নপানা নখোইগীদমক কয়াদা য়াগবা হাঙ্গৈবা অদু খন্দুনা য়েংউ, মীনস্থু অদুগুম্বা মচাশিং অদুবু মুংশিবদি থস্থু থমখ্রো, মাখোইবু থোইনা তুক্কচনৈ অমস্থুং মাখোইগা তিন্নদনবা লাকনগদবনি। অস্থুমনা নহা ওইরিভৈদা থাখ্রবা কল্লক-য়েকনবগী য়াথোক লাম্হোকনবগী মরু অদু মমৈদা লাক্কদোরিবা পুনশিদা য়ুমগাঙ্গৈবা অমস্থুং খৎনচৈনবা অকিবগী শকফম ওইরকনি হাঙ্গৈবা অদুদি হাঙ্গৈদুনবু অরেম্বনি। মরম অদুনা অঙাং ওইরিভৈদগী খ্বাইনা মচিন-মনাও পুমনমক্কা নোল্লুকপা, ব্যবহার ফজবা, অমগা অমগা মুংশিনবা তম্বনা মতিক ওই। অদুতদা মতুংদা মপানগী মী অতৈদস্থু অদুগুম্বা লমচৎ চৎপা ঙমদুনা থাগৎনফম ওইবা ঙমগদবনি।

অচুম্বা ঙাংবা জর্জ্জ য়াশিংটন।

জর্জ্জ য়াশিংটন্না নহা ওইরিভৈদা নোংমা মপানা মাঙোন্দা থোরবা শীংজং অমা পীরম্মি। য়াশিংটন্না মপাগী হৈকোন্দা চংখ্রদুনা মপানা পীরকপা শীংজং অদুগী মথৌ য়েংনবগীদমক অঙাংগী হৌনবী মতুংইন্না মপানা লুনা য়োকলবা উ অমদা য়াল্লুরে। মাহাকনা 'লুনা য়োকখৎলবা উ অদুনা কংবা উরদুনা য়াশিংটনগী মপানা য়ামনা শাউরদুনা মনাইশিংদা কনানা উ অদু থাংনা য়ানবগে হাঙ্গৈদুনা হংলকই। মনাইশিং অদুগী ময়াক্তা খংবস্থু য়াওইদি হাঙ্গৈ-ৱু জর্জ্জবু নৈবিয়গনি চাইবী কীবা কনাস্থ পুক্নদোকপা ঙমহে। মাদু উরদুনা মাহাকনা মনাইশিং অদুদা য়ামনা ৱৈ-থাংবা হৌরকই।

জর্জ্জ ৱাশিংটনস্থু লাইগী নোংদমনা মফম অদুদা লাকল্লমী। মাহাকনা মপানা শাউরিবা অদুগী মরম খংলদুনা মপাগী মখোং ময়াদা শীংজং অদু থমলদুনা হাঈরকই "ঈপা ইবুংঙো! নংগী তোল্লবা নচাগী থবকনি; মীনাইশিংগী মরাল লৈতে; মাসিগীদমক দণ্ডি পীবিগদবা লৈরবদি ঐনা ফংফম থোকই।"

অঙাংগী মচিন্দগী অদুগুম্বা অচুম্বা ৱাহৈ অদু তাবদা য়ামনা নুংঙাইখ্রদুনা মপানা জর্জ্জবু মতম্বাক্তা পমখৎলদুনা চুপ্পদুনা হাঈরকই "ইবুংঙো! নংগুম্বা অচুম্বা ৱাঙাংবা মচাগী মপা ওইজদুনা ঐনা ঙসি নুংঙাইরিবা অসি অসিগুম্বা পাম্বী লিশিং অমা মাংদুনস্থু মাংফম লৈতে। নংনা ঙসি করিস্থু লৈতবা হিরম অসিদা থোনা-ফবা উৎলিবা অসি নপুনশিচুপ্পা থম্মোইদা য়েক্কুনা থম্বা ঙমলবদি নোংমা শোঈদনা নংনা লৈবাক্কী অচোবা থবক অমা পাংদুনা অমাং-অতা লৈত্রবা মিংচৎ ফংবা ঙম্মগনি।"

মপানা পীখিবা বয় অদু ৱাশিংটন্না কাঈদনা ফংখি। মাহাক্কী মথোনামক্তনা আমেরিকাগী ইউনাইটেড্ ষ্টেটনা মনিংমখা তম্ব। খুবম ফংবা ঙমখি। অকনবা আমেরিকাগী লান্না লোইদুনা লৈবাক ঙাকপগী হিরম খন্নরকলবদা জর্জ্জ ৱাশিংটন্না মাগী ব্জাৎ অপূম্বগী লুচিংবা ওইদুনা অচুম্বা থবক্তা কিদবা অমস্থুং ঈচং থোবনা কান্নবগী মরমদা নিংথিবা খুদম অমা ঐখোইদা পীনবিরমলে।

## নিংথৌদা চৎকদবা লীচৎ।

নিংথৌ হাঈবা অসি মশকপানবা ঈশ্বরমকনি হাঈদুনা হিন্দুগী শাইরিক পুমনমক্তা হাঈরি ঐখোইগী অহনমন পুমনমকনা নিংথৌ

াঙ্গৈবা অসি বিষ্ণুমকনি হাঙ্গৈনা থাজৈ। মাখোইনা তাকপি ইপা-ইমা, ওজা অমস্তুং নিংথৌ হাঙ্গৈবা অহুম অসি ঐখোইগী খ্বাইদগীস্থু হন্না ইকাইখুমনবা অমস্তুং ভক্তি তৌনফমনি। ইপাইমানা ঐখোইবু পাকপিরিবনি; য়ামনা ৱানা য়োকপিথাকপিয়কলবনি। তস্নিবা ওজানা ঐখোইবু লৌশিংগী মিৎ পাংথোকহল্লিবনি। অতুগুমনা নিংথৌনা লৈবাক মরাতপনা থম্বিত্বুনা ঐখোইগী য়ামনা কান্নবা তৌবিরি। নিংথৌনা লৈবাক্তা অফবা নিয়ম চৎহন্দ্রবা অমস্তুং লৈবাকপু ঙাকপিদ্রবদা লৈবাক্কী করম্বা অবস্থা থোক্কবা হাঙ্গৈবা অহু খন্দুনা য়েংবনা চুম্মি। মরম অতুনা অহুম অসিদি ঐখোইগী লাইনি। মাখোইবু ইকাইখুমনদ্রবা অমস্তুং মাখোইদা মতিকওকপা ভক্তি তৌদ্রবদি ঐখোইগী পাপকী মশকওইবা থবক তাগদবনি।

নিংথৌ হাঙ্গৈবা অসি মীওইবগী জাৎকী পুন্না তাবা য়ানবগী থৌরী কোঙ্গোইগুম্বনি। লৈবাক্তা নিংথৌনা লৈত্রবদি নিংথৌ পান্দবা লৈবাক্কুম্মি হাঙ্গৈবা অহুনি। লৈবাক অহু মরাতপনা ঐথংমনাও নাইনা পানবা য়ারোইদবনি। মহাভারত্তা হাঙ্গৈরি— নিংথৌ লৈত্রবদি প্রজা পুমনমক মনিং তৌনহুনা অমগা অমগা খৎনবা, চৈনবা, য়াথোকপা অসি তত্তনা থোক্কদবনি অমস্তুং অহুম তৌহুনা লৈবাক অহু মাংগদবনি। মাসি ইচুমচুম্বনি। নিংথৌ হাঙ্গৈবা অসি লৈবাক ঙাকনবা অমস্তুং প্রজাশিংগী লৌউবা, মহৈ-মশিংতম্বা, অমস্তুং লল্লোলইতিকপা পুমনমক চাওখৎনবগী থৌগৎপিবনি। প্রজাশিংনা য়েকনতিংখং লৈতনা ধর্ম্ম তৌবা ঙমলিবা অসিস্থু নিংথৌগী থৌজান্ননি।

নিংথৌনা ঐখোইগী খাজনা লৌথৎপিহুনা মাহুনা লৈবাক্কী কান্ননবা থবক তৌবদা শীন্নবি।— লম্বী থোং শেম্বা, লৈবাক্কী অঙাংশিংগী মহৈমশিং তমনবা শীনবিবা পুমনমক অসি নিংথৌনা

প্রজাদগী লৌখৎপা খাজনা অহুদগী চৎহনবি। হূরানবা ডাকুন-চিংববু লাক্নুনা প্রজাগী লম্তুম পুমনমক ঙাকপিরি। লৈবাকনা ইংনা ধর্ম্মতৌবা ঙমলিবা অসি নিংথৌগী থৌজান্ননি। লৈবাকপু ইংনা থম্বা য়ানবা, ফত্তববু লাকনবা, অফববু য়োকনবা, মীরৈবাক্কী মীনা লৈবাক্কী মাংনবা তৌবা ঙমদনবা পুমনমক নিংথৌনা শীন্নবিরি। অসিগুম্বা লাইগী মশক ওইরবা নিংথৌদা ভক্তি লৈতবা মীশিং অহুদি য়ামনা তোল্লবা মীনি।

## তোল্লবা জীবশিংদা চৎকদবা লমচৎ।

জীবদা থৌজানবা হাঙ্গবা অসি ঐখোই হিন্দুধর্ম্মগীদসু নত্তনা পৃথিবীদা লৈরিবা ধর্ম্ম পুমনমক্কীসু মরুওইবা মন্ত্রনি। ঐখোই মীওইবা অপুম্বগী তৌগদবা থবক অসি অহুমথোকনা খাঙ্গবঙ্ য়াই। মশাদা তৌগদবা, অতৈদা তৌগদবা, ঈশ্বরগী মফমদা তৌগদবা। অতোপ্পদা তৌগদবা হাঙ্গবা অসি ঐগী .জাৎ ওইবা তাইবংমীদা তৌগদবা হাঙ্গবতা খংনদে। শা-উচেক তীন-কাংনচিংবা জীব পুমনমক্তসু ঐখোইগী তৌগদবা লৈরি। অসিগুম্বা জীব অতৈ অতৈ অসিগীসু ঐখোইগী লৈবগুমনা অব্বাবা অনাবা খংনবা পাঙ্গল লৈ। ঐখোইদা কনাগুম্বনা অব্বাবা অনাবা পীরগা ঐখোইনা মুংঙাইতবগুমনা তোল্লবা জীবশিংদা ঐখোইনা পীরুরবসু মাখোইসু মুংঙাইতফম থোকই হাঙ্গবা অসিদি ইরাঙ্গৈলাঙ্গৈনা খংনরবা ব্রানি। মরম অহুনা নশাদা ভৌহন্নিংদবা থবক অহু নংনা হতোপ্পদা তৌরুবা চুমদে। মাসি হৌনবিদসু কাঙ্গবা, ধর্ম্মদসু কাঙ্গবা থবকনি। জীবদা থৌজানহৈতবা মীশিং অহুদি ধর্ম্মচেনবগী খুত্তম ফংবা মত্তিক

ওইদে; অওইবমক মাসি ধর্ম্ম পুমনমক্কী মরু ওইবা মন্ত্রনি। বৌদ্ধধর্ম্মবু মী অমতনা তাথীনদবা করিননো? মরম অতৈ ফনা লৈদুনস্থু ঐখোইনা হাঙ্গৈনিংই মাগী জীববু হিংসা তৌদবা (অহিংসা পরম ধর্ম্ম) হাঙ্গৈবা অসিনা মাগী মরুওইবা মরমনি।

মী নত্তবা জীব অতৈবু তোল্লবা জীব হাঙ্গৈবা অসি ঐখোই মীতনা থোনবা মিংফমনি। মীওইবা হাঙ্গৈবা অসি ব্রাখনচাউবা জীবনি। মাখোইগী থৌরবা লৌশিংগী মমাংদা জীব পুমনমক মাইথীরে। শামুনা চাউই, কান্নদ্রে; কৈনা থৌই, চংনদ্রে; উচেক্কী মশা পাল্লি, চেন্নফম লৈত্রে; ঙানা ঈশিংদা লোৎলি, লান্ন-ফম লৈত্রে; জীব পুমনমক মীগী মখাপোনবা তাখ্রে, মীনা জীব পুমনমক্কী মরক্তা নিংথৌরেনগী ফম্বাল তোংলে; মরম অদুনা মীনা জীব অতৈবু তোল্লবা জীব কৌই। অমরোমদা চুমদে হাঙ্গৈবস্থু ডমদে। মীওইবনা জীবগী মরক্তা মকোকথংবগুম থোকলে। তৌই-গুম্বস্থুং মাসি ঐখোই মীনা থোঞ্জবনি, কদাইমথৈ অচুম্বনো হাঙ্গৈবা খংনবা পাঙ্গল লৈতে। মরমদি জীব অতৈ অসিদি ব্রাঙাংবা থোক্কে। মাখোইনা ব্রাঙাংবা থোকলমলবদি মাখোইনা ঐখোইদগী করি করি অমুক থোইদোকপগে নিঙাই তৌনবস্থু য়ারমগদবনি। মাদু থোক্কে; কনাগুম্বা রায়েনবা মীস্থু নত্তবা, জীবশিং অসিস্থু নত্তবা তাইবংমীগা লেংবা ওইবা জীব অমনা হাঙ্গৈরমলবদি থোইনা ফরমগদবনি। অদুগা মীবুস্থু শেম্বিবা, জীবশিং অসিবুস্থু শেম্বিরম্বা তেংবানবগী মপুগী মফমদদি মাখোইগা ঐখোইগা খেন্নরমগনি, মপুগী মীচং মীথাই নাইদ্রবা মফম অদুদা মীনা মাখোইদগী হেন্না মপুগী হেজান ফংলমগনি, পিকলবা ককচেং ভুমিৎকী চিঞ্জাক য়োনা পীবিরিবা ঈশ্বরনা মাখোই অসিবু মীওইবগী শান্নপোৎ ওইহল্লমগনি হাঙ্গৈবা অদুস্থু ঐখোই ইশামক্কী লৌশিংনস্থু লাম্বা ফংদে। ঐখোইনা থাজে—তোল্লবা জীবশিং অসিগী মফমদা মুংশিহৈতবা লমচং চৎলবুদ্রি

পাপনি ; ঈশ্বরগী মফমদা মতিকওকপা দগুি ফংগদবনি। অতৈমক খংত্রবস্নু ঐখোইনা মাসি ফত্তবা থবকনি হাঈনা য়ানিংঙি। অঙক-পবু—শিংলে, হৈয়ে হাঈত্নুনা নাপল তৌৱবা ঐখোইনা মাসি খংনা খংনা মতম অয়াম্বদা কাউথোকই। ঐখোইগী ৱাখল অসিবু মপুং ফাদ্রি হাঈবা ল্যানৱা ?

মাসিনা লাইরমলেনগী ৱানি। মীরমলেন্দস্নু তোল্লবা জীবশিং অসিগী মফমদা মুংশিহৈতবা লমচৎ চৎলবদি অমাংবা য়ামনা লৈরি। মাসিনা ঐখোইগী লমচৎ মাংনবগী মশক ওই। মাখোইদা মুংশি-হৈতবা লমচৎ চৎলুবদগী ঐখোইগী থম্মোইগী মুংশিবা, থৌজান, ভক্তিনচিংবা মীওইবা ঐখোইগী নাপল তৌনফম ওইরিবা নিংথিবা পুকচেন পুমনমক মাংখি। মাসিদগী ঐখোইনা ঐখোইগী জাৎকী মফমদস্নু মুংশিহৈতবা তম্মি অমস্নুং মখলমথা অয়াম্বা ফত্তবা থবক তৌবা হৈনয়কই। হাওনাইশিংগী নত্রগা শায়োনবা মীশিংগী মচৎ-মতৌ মুন্না য়েংলবদি ৱা অসি অচুম্বনি হাঈবা খংবা ঙমগনি। ঐখোই মীনা ঐখোইগী খুদোংচানবগীদমক ষণ শগোন্নচিংবা য়োকই। মাখোইনা ঐখোইগী কয়া কান্নবগে হাঈৱা অত্নুদি হাঈত্নুনবু অরেম্বনি। অত্নুনা মাখোইগী চাব-থকপা, লৈনবা য়ুমনচিংবগী মরমদা চেকশিনবা অসি ঐখোইগী তৌগদবমকনি ; নত্র-বদি য়ামনা তৌবিমল খংদবনি। গাড়ীচৎপা মীশিংনা ষণবু শীজিন্নবদি খ্বাই পুমনমক উৱৱিগনি—মাখোইবু শীজিন্নবগীদমক লোইবনি লাঈবা চুম্মি ; তৌইগুম্বস্নুং মাখোইবু মপাঙ্গলদগী হেন্দোকনা শীজিন্নবা চুমদে। শীজিন্নবা মতুংইন্না মাখোইবু পীজগনি শিংপিগনি

নানবিগনি, মতিকওকপা ‘যত্ন’ তৌবিগনি। নত্ৰবদি য়ামনা মুংশি-হৈতবা অমসুং তৌবিমল খংদবা থোকই।

## ৱাহং পয়েং।

১। মপা মমাদা মচা ওইবশিংনা করম্বা লমচৎ চৎকনি? মরমগা লোইননা ইউ।

২। জর্জ্জ ৱাশিংটন হাঙ্গবা অসি কনানো? মাগী ৱারী তমলগা করি পাউত্তাক ফংবগে? মাগী মরমদা থংবমথৈ হাঙ্গয়ু।

৩। তোল্লবা জীবশিংদা করম্বা লমচৎ চৎপা হৌনৈ? মরমগা লোইঙ্গনা হাঙ্গয়ু। শা উচেকনচিংববু ঐখোইনা তোল্লবা জীব হাঙ্গবা করিগীনো?

৪। মচিনমনাওদা করম্বা লমচৎ চৎকনি?

## হায়ৌ অমসুং ককচেং।

( পেম্মা য়েলহৌফবী য়াঙ্গেন তোলোই য়েংনশি )

অপংবা হায়ৌ অমনা লাঙ্গফেরেন চুপনা
মুণ্ডাইবা কোলোই শকুনা, মতম লেনবা
লোইরগা, নিংথম চংলকলবা মতমদা
উন্না কুপ্পা লৈপাক্তা চিঞ্জাক্কী মরিকনা
তাত্রবা, পামেল উফৈ থকতুদা
হৈরাং লৈরাংনা খমখ্রবা, অন্নাবগী
মতম লাকলগা, অরাতেংথাবা হোরকই।
চাদবনা লামবনে, নিংথমবনা নিকপনে
চরা’মতং নিছুনা নোংলেননগে নিংছুনা

ককচেং তমনা চৎলকই। "পীত্রবস্থ পূরক্কে
হয়েং তননা শিংজিনগে।" "ঐখোই ককচেং
অসিদি, মীগী পূবস্থ পামজদে,
পূথোকপস্থ হৈজদে" মুঙাইবা কাম্বী
অশাংবা, ইশৈ শক্তুনা লেল্লকলে।
হৌজিক নিংথমথাসিস্থ, জগোই শাত্নুনা
লেম্হোকউ। শূদনা লেনগে নিংবদো
চাদনা পানবা তম্মোখো। •নখোং চোৎলে হাঙ্গৈরগা
নচিন চোৎপা ফংবনি; ৱাদনা মুংঙাইবা লৈবরা?

## ৱাহং পরেং।

১। ৱারেং অসি পারগা করি পাউতাক ফংবগে? ককচেং অমস্থং হারৌগী বারী হাঙ্গৈষু।

২। অর্থ হাঙ্গৈযু—পামেল, হৈরাংলৈবাং, নোংলেনবা, কোলোই, কাম্বী।

---

## মুমিৎ।

মুমিৎ হাঙ্গৈবা অসি করিনো?—ঐখোইনা নোংমগী কাঙ্গৈদনা উরবা মুমিংকী মরমদা করিস্থ খংদবা অসি অওইবমক ইকাইবগী পোৎনি। ঐখোইনা খংঙি, মুমিৎ হাঙ্গৈবা অসি লাইনি, শগোল অৱাংবা অমা তোংঙি; মাহাকনা মপুগী য়াথং মতুংইন্না নোংহেক ঙানবদগী শগোল তোংত্নুনা পৃথিবী অপূম্বদা মঙাল য়েল্লগা অহিংদা নোংচুপকী চীংদা পোথাই। অদুতে করিস্থ নত্তে, লাইনি, ফজরবা মীগুম্বনি। সোবোল লাইরেম্বীগী লৌতাবদা য়াওরিবা অত্নুনি, লংনবা হৈ, করেম্মনবস্থ হৈ। করিস্থ নত্তে, লাইনি।

তৌইগুম্বস্নুং মাসিদি থাইনগী ৱানি। থাইনদি লাই ওইরম-লবস্নু হৌজিক্তি মুমিং হাঙবা লাই অসি বিজ্ঞানগী লাংদা থুরে। বিজ্ঞানগী মহৈনা চমলে; মুমিংকী লাই ওইবা তোকলে। তৌই-গুম্বস্নুং তৌবিমল খংবগী মশকওইনা মাহাকপু খুরম্বদা করি দোষ লৈবগে? অদোমদা পারবদি ঐখোইনা নিতিগী মুমিং হাঙবা লাইগী মফমদা খুরম্না, ঈশিং খুজোক কংপা মতিক ওই। মুমিংকী মঙাল, মুমিংকী মৈশা ফংদ্রবদি পৃথিবী অসিদা মী শানচিংবা জীব অমতস্নু হিংঙনা লৈবা ঙম্মোইদবনি। উ ৱানচিংবা লৈপাক্তগী হৌবা পাম্বী অমতস্নু লৈরোইদবনি। থা, থৱাম্মিচাক-নচিংবা অমতস্নু অহিংগী অতিয়াদা শাকাঈরোইদবনি। অসিনচিংবা থল্লুরবদি মাহাকপু ঈশ্বরগী "অংশ" অমনি হাঙনা নিংনরম্বদা করি লানবা হৈবগে?

বিজ্ঞান্না ঐখোইগী ধর্ম্মগী লাইরিকপু অস্নুমনা মাংহল্লি। বিজ্ঞান্না হাঈ, মুমিং হাঙবা অসি লাইস্নু নত্তে, ফজবা মীস্নু নত্তে,; পৃথচাউরবা চাকলবা মৈ মতুম অমগুম্বনি। মাসিদগী অতৎপা-লৈতনা মাইকৈ মরিদা চাকলবা মৈশা থোকই। মুমিংপু ঐখোইনা পিকলবা পুখমমচা অমগুমনা উই। তৌইগুম্বস্নুং মাসিদি চাউরবা পোৎনি; ঐখোইগী পৃথিবী অসিগুম্বা লক্ষ ১৩ চাউরিবনি। লাপমনবা মরমনা পিকনা উবনি। সোবোল লাইরেম্মগা ৱারীশাবা য়ানা নকনা চৎপা পোৎ নত্তে। মুমিং হাঙবা অসিদি ঐখোইদগী মাঈল কোটি ৯ দগীস্নু হেন্না লাপ্লিবনি।

ঐখোইনা পৃথিবী অসিদা লৈহনা অস্নুপ লাপনরবা অসি-নক্তদা ওলাংথাগী মুমিংকী মৈশা খাংবা ঙমদ্রি। থন্দুনা য়েংঙু মুমিং মনাক্তা চৎলুরবদি কয়াগী মতিক শাৱমগবা! পণ্ডিতশিংনা হাঈ—ঐখোইনা ফংলিবা অসিদি মুমিংকী মৈশাগী কোটি চহুম-লামগী শরুক অমতনি। অস্নুমনা মুমিং হাঙবা অসি মতম-

চুপ্পা চাকুনা লৈরিবনি। মাগী মৈরীনা মাইকৈ মরিমক্তা কাপ-থোক্নুনা লৈরিবনি।

ঐখোইনা কান্নগদবা ৱা অমতং হাঙ্গৈহ্নুনা হন্দকী ৱারেং অসি তেনশিন্নবা তৌরগে। অসিদগী হেন্না খংনিংবা অরুবা পুমনমক বিজ্ঞান তমলগা খংবা ঙমগনি। ঐখোইনা নিংঙি, ঐখোইগী পৃথিবী অসিদি লেংদে, মুমিৎনা অতিয়াদা শগোল থোৱহ্নুন পৃথিবী পুমনমক্তা মঙাল য়েল্লিবনি। তৌইগুম্বস্নুং মাহ্ নত্তে ঐখোইনা ভূগোল তম্বদা য়াওরিবা অদু অচুম্বনি।

## শ্রীরাম অমস্নুং ৱাবণ।

খুৎলাই চৈনাখোন্না লৈপাক'থক্তা ওন্দুনা
স্নঙীং তাবগুম ঙাম্থোইরি।
মাহাকী মগুণ তাবদা মরোল অহুম নিকলবা
লঙ্কাগী ৱাবণনা ওম্থোইরি।
ৱাবণনা ভুবা উত্নুনা ইবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রনা
লক্ষ্মণগা লোইননা লেংশিল্লি।
মনাইগী ব্রাবা উদুনা য়েকনবা'পুম্বা কাওহ্নুনা
তরংগী লাইজা শিন্থুরি।
মাইথোং থাবু উত্নুনা খুয়া থম্বাল তমহ্নুনা
ৱাবণনা শ্রীরামদা হঙ্গৎলি।
তাবিয়ু ইবুংঙো ৱঘুপতি ননাই ৱাবণনা মাংবদি
ফত্তবা থবুক্কী মহৈনি।
সতী ওইবী সীতানা মিৎকী পি শিন্থুবনা
লঙ্কানা খুত্তাকনবনি।

ইগুণগী নাপঙ্গ তৌদুনা নত্তবা ধর্ম্ম চত্তুনা
শাগৈ তুমনা মাংনরে।
চরণখাবু তমদুনা খুবাং চাংজো তরানা
ঙাকপিববু নিজরি।
জানকীদা তম্বিয়ু পাপচেল্লবা রাবণবু
থোজানবিদুনা ঙাকপিনি।

রামায়ণ।

ৱাহং পরেং।

১। রামায়ণগী ৱারী শমনা লীয়ু।

নোল্লুকপা।

সার আইজাক নিউটণ।

অচম্বা মীদগী য়ামনা মহৈমশিং হৈরবা অচৌবা মীনা থোইনা নোল্লুকপা উই। থন্দবা চফুনা মখোল হোই হাঙ্গৈদুনা চাউথোকপদি অতোনবগী থবকনি। সার আইজাক নিউটণগী মপালনাইদ্রবা মহৈগী ৱা তারবদি নথোইনা ঙকনি; তৌইগুম্বসুং তেংবানবদা মাহাক্তমনা চাউথোক্তবা মীসু য়ামদে। মাহাকনা নহা ওইরিঙৈদনা অঙক অঙকপা খুজুথুৎলাইনচিংবা শাদুনা মী পুমনমক্তপু ঙকনহনবা ঙমথি।

মাহাকনা মতুংদা ঈশিং, নুংশিৎ, নুমিৎ, থা, থরাম্মিচাকনচিংবগী অওইবা খংননবগীদমক লাকনরম্মী। নোংমা মাহাকনা হৈকোন্দা ফমলিঙৈদা হৈতুপ অমা পান্বীদগী ভাবা উয়ে। খুদক অতুমক্তদা মাহাকনা খল্লকই, হৈনা মথকলোমদা পাইখৎখিদতুনা লৈপাক্তা তারকলিবা অসি করিগীনো? মতুংদা য়ামনা খল্লবা মতুংদা মাহাকনা খংবা ঙমলে, পৃথিবীগী চিংশিন্নবগী পাঙ্গন অমা লৈ, মাতুদনা পোৎ পুমনমকনা লৈথা তমলিবনি। নিয়ম অসিমক্তনা নুমিৎ, থা, পৃথিবীনচিংবনা মাগী মাগী মফমদা তোঙান তোঙান্না থাপনা থাপনা লৈনরিবনি। নিউটণনা ফোংদোকলিবা অওইবা অসিনা বিজ্ঞান তম্বগী মরমদা কদাইমথৈ কান্নবগে হাঙ্গৈবা অতু লৌশিংশিংবা মী পুমনমকনা খংতুনা হৌজিক ফাওবা মাহাক্কী মগুণ শকনরি।

মহৈ হৈবদা ফাওবগুমনা মাহাক্কী নিংথিজরবা গুণ অমম্তু লৈরম্মী—মাতুদি নোল্লুকপা। মাহাক্কী নিংথিজবা হাহৈ অমা হৌজিক ফাওবা পৃথিবীগী মী পুমনমকনা কাউনবা ঙমদ্রি "ঐহাক্তি লৌশিংগী ঈপাক্কী তোর্ব্বান্দা নুংজেং খুনবমথৈতনি। মপালনাইদ্রবা মহৈগী ঈপাক্তি মাংদা লেংদনা লৈরি।"

## য়াহং পয়েং।

১। নুমিৎ হাঙ্গৈবা অসি নথোইনা করিনি হাঙ্গনা নিংবগে? নুমিৎকী মরমদা খংবা বিজ্ঞানগী য়াথৈ হাঙ্গৈয়ু।

২। সার আইজাক নিউটণ হাঙ্গৈবা অসি কনানো? পৃথিবী অপুন্না শীনবা খুংনা মাগী মমিং চৎলিবা অসি করিগীনো? মাহাকা নোল্লুকপগী [illegible] করি খংবগে হাঙ্গৈয়ু।

৩। মথাদা ইরিবা বাহৈ অমমম অসি হাপ্তুনা বাহৈপরেং লেংউ। হাজংচাবা, মপালনাইদ্রবা, শাথোবা, তময়া।

৪। শগোলগী মরমদা রচনা অমা ইউ।

## বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিন।

থবক্তা মাইওনশিনবা, অথাংকনবা অমস্তুং চাংনাইনা চাদিং জীবনা তাইবংমীনা লাইরবা অনংবগী পন পুমনমক নমথেক্তুনা মহৈ হৈবা, মরল লৈবা অমস্তুং মপালনাইদ্রবা মিংচৎকী মপু ওইবা ভস্মী হাঙ্গৈবা অসি বেঞ্জামিন ফ্রাঙ্কলিনগী রারী পাররদি ংবা ভমগনি। অরাংথংবা আমেরিকাগী বোষ্টন হাঙ্গৈবা সহরদা লাইররবা ইমুং অমদা বেঞ্জামিন পোকথি। মপানা লাইরবা রুমনা মাহাকপু নহা ওইরিঙৈদগী ছাপা নম্বগী থবক তম্বিরম্মী। তাইগুম্বস্তুং বেঞ্জামিন্না ছাপা নম্বগী থবক তম্বগা লোঙ্গৈনা লোঙ্গৈননা মহাংবা হেক ফংবগা লাইরিকলাইশু তম্বদস্তু পুকনিং চংলম্মী। হি তরাতরেৎ শুবদা মাহাকনা ফিলাডেলফিয়া সহরদা লৈবা াপা নম্ফম অমদা থবক ফংলে। থবক্তা পুকনিং চংবা অমস্তুং তম মাংহন্দবা মরমনা মাহাকনা থীন্দনা ছাপা নম্বগী থবক্তা হশিংবা উৎপা ভম্বদা নত্তনা নিংথিনা ইংরেজী ইবা অমস্তুং লানবা ভমলে।

অহুগী মতুংদা মাহাকনা বিলাতকী ছাপাখানা অমদা থবক ংলে। মতম অমস্তুং লনবু অরেম্বদা মাংহন্দবা মরমনা মাহাকনা নেমক শেল য়ামনা তান্দুনা ফিলাডেলফিয়া সহরদা হল্লকলম্মী। কম অহুদা ছাপা নম্ফম অমা লিংথত্তুনা মাহাকনা মরৈবাকী মী

পুন্নমক্তা নোম্বা কনবগী অঙকপা খুদম উৎখি। মাহাকনা মশামকনা কৈথেন কাই; মশামকনা ছাপাগী চে, মুকনচিংবা পোৎলম পুন্নমক লৈত্না গাড়ীদা হাপ্পুনা মশামকনা চিংঙি। অত্নুদগী মাহাকনা লাইরিকশং অমা লিংখৎলে; অমসুং মুকন-চিংবা লল্লোনবা হৌরকলে। মতম অসিমক্তদা মাহাকনা পাউগী চে অমসু শন্দোকলকই। অসি পুন্নমক অসি তৌত্নুনা মাহাকনা ঙমখৈলৈত্রবা শেল অমসুং মিংচৎ ফংখি।

অস্নুমনা অহাংবা লৈতনা মখলমখা অয়াম্বা তৌত্নুনসু মাহাকী লাইরিকলাইশু তৌনবগী মতম ন্নাৎপা লৈখিদে। চহি কুম্থ। শুরকপদা লৈবাক্তা অচৌবা ফম অমা নাইরে। অত্নুদগী মাহাকনা লৈবাক্কী কান্ননবগী থবক্তা পুকনিং চংখি। মাহাকনা থীনবা তৌদনা লৈবাক্কী সাহিত্যনচিংবা চাওখৎনবগীদমক মরুপ অমা লিংখৎলে, অমসুং মবৈবাক্কী অঙাংশিংগী তম্বদা জুগোৎচানবগীদমক অফবা লাইরিক তম্ফমশং অমসু লিংখৎখি। শমনা হাঙ্গৈরবদা মতম অত্নুদা লৈবাক্কী কান্ননবনি হাঙ্গৈত্নুনা তৌখিবা থবক অমত্তদসু মাহাকনা খুৎ থিংজিনখিদবা য়াওদে।

মাহাকনা অহল ওইরকলবদা ইংলণ্ডগা আমেরিকাগা শোকন-খিবা অকনবা লানফম অত্নু থোকখি। মাত্নুদসু মাহাকনা নিংথৌগী পাউপুবগী থবক তৌত্নুনা লৈবাক্কী ঙমখৈ লৈতনা কান্নবা থবক তৌরম্মী।

ফ্রাঙ্কলিন্না অহানবা য়ুম্বানবা হৌবা মতমদদি য়ামনা লাইরবম্মী; তৌইশুবসুং নোম্বা কনবা অমসুং চাংনাইনা চাদিং তৌবগী মগুণনা মমৈদা মপালনাইত্রবা লনগী মপু ওইবা ঙমখি। ফ্রাঙ্কলিন্না নংলবা ইমুংদদি প্রোকলগা মত্তৌ করমনা তাইবংপানবদা অমাংঅত্তা লৈত্রবা মিংচৎ থনম্বা ঙমখিবগে হাঙ্গৈবা অত্নু মাহাকনা লেংবা

ইরিক পান্নবদি নিংথিনা থংবা ভমগনি। মাহাকনা ইরম্বা ব্রা
া হৌজিক পৃথিবীগী অফফবা লাইরিক অয়াম্বদা থেৎচিন্নরি—
লন তান্নবগী লম্বী অসিদি কৈথেন কানবা লম্বীগুমনা য়ামনা
ই। নোম্বা অমসুং চাংনাইনা চাদিং তৌবনা লন তান্নবগী
থাইবা লম্বীনি। নোম্বা হাঙ্গবা অসি মুংঙাই য়াইফবা
পৃম্বগী পোকনফমনি।”

## হুকচাং নাদনবগী অরাইবা পান্থে।

হুকচাং মসুং শেংবা হাঙ্গবা অসি মুংঙাই য়াইফনবগী পোকন-
মনি। ইনাকথুনবা লাইরবা, অশিংবা অপংবা পুমনমক্কী অহানবা
চীগদবা থবক্তি হুকচাং শেংনা থম্বনি। খল্লু, নংদি ইনাকখুনবা
চংশি, সনা লুপাগী মথক্তা য়োক্তুনা চাউরকলবনি, নচিম্বান কাংথোক্রি-
ঙনা ননাই চামনা অপাম্বা পোৎ অদু কৎশিল্লরি তৌইগুম্বসুং
শাদি লাইথুং চেল্লি। অদুগা ঐনা চুদৎনবা মচানি অইং-অশা
দনা ভিক্ষাগী ঝুলি য়ান্দুনা চেং খুয়া অমগীদমক থোং থোং খুদিং
গঙ্গনা চৎলি; তৌইগুম্বসুং ইশা ফন্তবগী অব্রাবদি থংদ্রি। অসিন-
ংবা মফমদা হাঙ্গয়ু য়েংসি নংনা লনগী অমসুং মহৈগী মপুদি
ইরগা ভন.-মৈচাক খাংবগী ফংলিবা অরাবগা অদুগা ইশা ভিক্ষু-
াইচুদবা ঐনা চেং খুয়া অমগীদমক্তা ব্রারিবা অদুগা কনানা
ামনফম থোকপগে? অমহিকসুং পুকনিং হায়বা অসি হুকচাংগা
ামনা নবনবা মরী থোকই। হুকচাংনা শেংদ্রবদি পুকনিংসু
ংঙাইত্তে অমসুং থবক পুমনমক হৈনিংদে। অদুনা ত্তেংবানবদা
ওখৎকনি হাঙ্গনা নিংফম লৈত্রে অদুগা শিরগসু মাংঙোইদবা

আত্মানা মাংগদবা হকচাংগা মাংখিবগা লোঈননা থবক্তা মাই-ওনশিন্দনা মুংখি। অদু ঐখোইগী ধর্ম্মগী লাইরিক্তা হাঈরি "শরীরমাদ্যং খলু ধর্ম্মসাধনম।" ফনা চেকশিন্দুনা হকচাংবু কনখা ঙমদ্রবস্থু হিংলিবমখৈ শেংনা অমসুং সুংঙাইনা পানবা য়ানবা হোৎ-নবদি ঐখোইগী অহানবা তৌগদবনি।

হকচাং য়োকনবগী অথোইবা পাম্বৈদি চাবনি। চাথিবা পোৎ অদুনা ঈ ওল্লগা শিংলি মন্নুংদা হকচাংগী কান্নগদবা মফম পুমনমক্তা চেন্দুনা হকচাংবু নোঈনবা তৌই। ঈতনা হকচাংগী মৈশা পোকহল্লি অমসুং থৱাইপানবগী থৱাইগী মশকনি। অদুনা ষঙ্গোমনচিংবা ঈ পোকপা চিঞ্জাক খরা খরা চাবা হৌনৈ। তোং হাঈবা অসিস্থু হকচাং শাগৎনবগী অথোইবা মচাক অমনি তোংদা প্রস্ফুরক্কী শরুকনা য়ামই; অদুনা নিতিগী মনামশিং অমসুং থৱাইপানবদগী থোকপা চিঞ্জাক খরা খরা চাবা চুমই। শরুগা হকচাং কন্নবগী য়ামনা মতেং পাংই; অদুনা শরু কন্ননবা অমসুং চাউনবগী চিঞ্জাক খরা খরা চাবস্থু তোকফদে; অদুনা চাবদা থুম, শুক্র, অমসুং সোডাগী শরুক য়াম্বা চিঞ্জাক খরা খরা চাগনি। তোং পোকনবা চাবা চিঞ্জাক অদুগী শরুক অনি ঈ পোকনবা চিঞ্জাক, তংখাই অমা শরু কন্ননবা অমসুং চাউননবা চিঞ্জাক চারবদি হকচাং য়োকনবগী থবক পাংথোকপা য়াই।

চাবদা চাং নাইদবা অমসুং মতম নাইদবা হাঈবা অসিস্থু য়ামনা মাংনবগী মশকনি। চাত্রগা হকচাং কংশিনবা অমসুং শোম্বরকপগুমনা চাং হেন্না চাশিল্লবস্থু হকচাং মাংনবা ওই। পাখং অয়াম্বনা ভদ্রাদা বার্ত্তন ফংথোক্তনা ফংদুনা থল্লবা পুক্তা মিৎ-মাম্মা উইশিন্দুনা অহাও-অথুম য়োংশিল্লি। তৌইগুম্বসুং মাথোইনা খন্দুনা য়েংবনা চুমই, অপাম্বনা খুদুমচনখিদুমা মাথোইনা মতৌ কৱমনা অমৃতগী মশক ওইরবা হু অদু চারিবা! মাদুনা পুক্তা

গাই-হিংচাবা শারক্কনি হাঈবা অদু মাখোইনা খংদে। মতুংদা মনা ফমদা হিপলবদা মশাদা তাথীব্রা পীরকই। ✓

তরুতনানবা হাঈবা অসিস্থু হকচাংনাদনবগী অচেৎপা লাইব্রানি। হকচাং মোৎলবদি তুখোং ফুঞ্জিল্লি; অদু ওইরবদি হকচাং মন্নুংগী ফত্তবা পোৎ অদু হুমাং ওইনা থোরকপা ঙমদে। অদুগা মপানগী অশেংবা মুংশিৎনা হকচাং মন্নুংদা চংদুনা ঈ শেংদোকপগী থবকস্থু তৌবা ঙমদে। মাদুগী মহৈদি অনাবনি অদুনা নোংমগী ঈরুবা কাঈবা চুমদে। মাসিগীদমক ঐখোইনা অমুক থোইনা নিংশিংনঙাই লৈতে। ঐখোইগী 'মাংবা' হাঈবা হৌনবীগী মতুংইন্না ঈরুদনা চাকচাদবা হাঈবা কাউবা য়াত্রবা পথাপ অসি অরূ-অহেনবগী অঙকপা খুজিন্নি। অদুগা লুবদদি ঈচেননাইবা ঈশিংগী ময়াঈ ওইনা মাদু ফংত্রগা অরূবা অচৌবা পুখ্রীদা লুপ্তুনা লুগনি। লুরগা অকংবা থূদেনা শেংনা তৈথোক্কনি। মহৈতন্বা মচা অয়াম্বনা ঈরুরগা মতম ফংদে হাঈদুনা তৈথোকফাত্তনা চাবা ফম্বা উই। মাদুদি ঈরুদবগা মান্ননা ফত্তে। অওইবমকস্থু শেংনা ঈরুবদগী হেন্না কেবা য়াবা অমা লৈরিরোই।

হকচাংগুমনা শেংলিবা ফি, লৈনবা য়ুমস্থু নান্না থমগনি। ইমুংদা অমাংবা তোৎপদি মীনা উদে মীরক তিনবা য়ানবা শেত্তবা হৌনদে হাঈবা অদু চুমস্থু চুমদে লানস্থু লান্দে। ঐখোইগী হকচাং মন্নুংগী ফত্তবা অদু হুমাং ওইনা থোরক্তুনা শেংনচানবা ফিদা পকই; অদুনা মাদু মরক মরক্তা শূদোক্তুনা মীরক তিনবা য়ানবা হোৎনবদি লান্দে। তোইগুম্বস্থুং লৈনবা য়ুম মোৎনা থম্বদি চুমদে। ইমুংদা অমস্থুং য়ুমগী মাইকৈ মরিদা অমোৎপা নমথিহঙাই লৈরবদি মাদুদগী ফত্তবা মনিন কারকই। মাদু চিংশিল্লবদি ঐখোই নাই। অদুনা মরক মরক্তা ইমুং ফকলাং শম্থীনা তৈথোকপা কান্নে, অদুপা মাগী মাইকৈ মরিদা মনমন্নুংশিবা লৈ পান্বী মচা থান্নবদি চুংশিৎ শেংহনবা য়াই।

হকচাংফনবগী অথোইবা পান্বে অমদি হকচাং শাজেম্নি পুকনিংনা নোম্বগা লোঈননা হকচাংস্থু নোম্বা হৌনৈ। নক্রবা পুকনিংস্থু হৈনিংদে, লৌশিং মাংই, নিংশিংনবা পাঙ্গলস্থু ময়েং তাই রাথন্না অরুবা হিরম অমতদস্থ চংশিনবা ঙমদে। মুংশানা চাকল লংফৈচৎপনা উরুমদা চৎলগা অন্নাবা পোকথোকনবগুমনা নোম্বন রারবা পুকনিংস্থু মুংঙাইবা শাজেন অমা তৌরগা অনৌবা থন্না ফংবগুম তেকখৎলি অহুনা নিতিগী চেনবা চোংবনচিংবা শাজে তৌবা অসি পারা ঔরাইবগুমনা তৌগদবা থবকনি হাঙ্গৈনা খনগনি

অহুনা অশেংবা মুংশিং ফংনবা হোৎনবা, মচি ওইবা চিঙ্গা চাবা, অফবা ঈশিং থকনবা পন্বে, লূনা নান্না লৈবা, হকচা শাজেন তৌবা হাঙ্গৈবা অরাইবা পান্বে অসি নাহুনা হিদাক, লাইর থিদ্রিঙৈগী মমাংদা তৌগদবা থবকনি।

## ৱাহং।

১। হকচাং মমুংশেংবনা করি কান্নবগে?
২। হকচাংফনবগী অরাইবা পান্বে হাঙ্গৈয়ু।

## লৈচিন অমস্থুং নোং।

ঐথোইনা মুমিৎখুদিংগী অতিয়াদা লৈচিন থাবা উই। তৌই-গুবস্থুং ঐখোইনা ইকাইবা অমা লৈরি—নোংমতস্থ ঐখোইন লৈচিন অসি কন্নিনো, করি ওইবা য়াবগে হাঙ্গৈহুনা খন্দুনো য়েংঙ্জি অহল্লমন্না হাঙ্গৈ, অশিবা মীগী মকোকনি, কনানা হাঙ্গৈ মমিৎনি, অঙি

য়াদা কোঙ্গপাই পাইছুনা পৃথিবীগী মচামশুনা তৌবা অফবা, ফত্তবা থবক পুমনমক য়েংঙি, অফবা তৌরগা হয়াওই, অমুক হেন্না য়াংনা কাখৎলি; ফত্তবা তৌরগা মুংঙাইতে; লৈখা তাথরকই। ঐখোইনা মাসিগী অচুম্বা চুমদবদি খংদে, অমরোমদা ফনা কান্নবা য়াহৈনি, ইচা-ইশু য়ায়কনবা য়াবা য়াহৈনি। অমরোমদসু অহল্লমন্না লৈচিন য়েংছুনা শা-লানগী পাউ পুমনমক খংনৈ। থাগীগা সাহেবকা কনানা ঙমগদৌরিবগে হাঙ্গবনচিংবা পুমনমক হাঙ্গবা ফাওবা ঙম্মী।

অছুগা নোং হাঙ্গবা অসিনা করিনো? নোংদগী ঐখোইনা ফংলিবা কান্নবা পুমনমক অছুদি কনানা খংদবা য়াওবগে? ঐখোই মী ওইবা পুমনমক্কী থৱাই ওইরিবা ঈশিং অছুসু নোংনা পীবিরিবনি। নোংচুপ্রবদি পৃথিবী অসি উ য়া, মহৈ মরোংনা লৈতেংঙম্মোইদবনি, ফজবা লৈ অমতসু শাত্তুনা মীগী পুকনিং শুঙ্কৎলোইদবনি। পৃথিবী অসি মীনা লৈবা য়াবা মফম থোকলমলোইদবনি। অসিশুম্বা নোং অসিগী মরমদা ঐখোইনা থিরুদ্রিবা অসিসু অরানবনি। শোয়া-রেনগী শামু ইয়াবোৎকী মনাতোন্না মন্দাকিনী গঙ্গাগী ঈশিং চিংশিন্দুনা, চাকলবা পৃথিবীবু ইংহন্নবগীদমক চাইথরকপসু খংদে; থিরুদ্রিবা অসি অরানবনি। অতিয়াদা লৈবা ঈশিংগী খাংদগী হন্নুবী মতৈমনাওনা মচামশুগীদমক চাইথরকপসু খংদে। ঐখোই থিরুদ্রিবা অসিনা অরানবনি। মাসিনা চুম্বসু খংদে, হৌজিক্কী বিজ্ঞান শাস্ত্রনা অমা হাঙ্গরম্বসু খংদে। ঐখোইনা থিরুদ্রিবা অসি অরানবনি।

তৌইশুম্বসুং ঐখোইনা মমাংদনা হাঙ্গখ্রবা অছুনি, ঐখোইনা থাজবা পুমনমক বিজ্ঞান্না থুগাঙ্গবিরে। বিজ্ঞান্না হাঙ্গরি, অতৈ নত্তে, লৈচিন হাঙ্গবা অসি মী মকোকসু নত্তে, মমিৎসু নত্তে। ঐখোইনা মুমিৎকী মৈশানা পুখ্রী খোংবান্নচিংবা ঈশিংখোং পুমনমক্কী ঈশিং মনিনগী মশক ওইনা অতিয়াদা পাইখৎপা অসি থাজে,

থাজদবা ওমদে। কাগেম্থাদা ঈশিংখোং পুমনমক্কী ঈশিং ময়েং তাবা করিননো? অশাবা হেল্লিবমখৈ ঈশিং হাঈবা অসি মনিন ওল্লি। মনিন অত্থু অতিয়াদা পাইখৎখ্রবদা অইংবা মুংশিংকা থেংনত্থুনা ঈশিং মরিক মরিক ওল্লি। মাত্থু মুংশিংনা মাইকৈ মরিদা কোঈত্থমত্থমত্থুনা পুই। মাত্থ ঐখোইনা লৈচিন ওইনা উই। নিংথমথাদা মথাগী মুংশিং অসি য়ামনা ইংঙি, ময়ম অত্থুনা ঈশিংদগী কারকপা মনিন অত্থু ৱাংনা কাদ্রিঙৈনা ঈশিং মরিক ওল্লি। নিংথমথাগী লৈচিন্না কয়া নেমনা পাইবা উরব্লিগনি। নখোইনা চক্দা ঈশিং লুম্বদা মাত্থুদগী কাবা মনিন অত্থু উরব্লিগনি। মাত্থু ঈশিং মকুপ নত্তুনা করিসু নত্তে, মাত্তুদা নংনা থয়া কাখৎনা অইংবা শ্লেট অমা পাঈয়বদি মনিন অত্থু ঈশিং ওন্দুনা শ্লেট অত্থুদা পক্কনি। মাসিসু অত্থুগুম্বনি।

অসিগুম্বা কুপলব', মুংশিত্তগীসু হেন্না য়াংলবা ঈশিং মরিক পুমনমক অসি মুংশিংনা কোঈত্থমত্থমত্থুনা অতিয়াগী মাইকৈ মরিমক্তা কোঈচৎ চৎলি। মুংশিংনা অস্থুমনা তোৎনয়ান্নত্থুনা ঈশিং মতুম মতুম ওইরকই, অমসুং মুংশিত্তগী হেন্না লুমলকলবা মত্তমদা লৈবা য়াদত্থুনা লৈখাদা তাথরকই; নোংচুবা হাঈবা অত্থু মাত্থনি। মুংশিং মাইরমগী মতুংইন্না ঐখোইগী লৈবাক্তা য়াংবরেন্না কুমদম্মি, কৌক্রনা তম্মি হাঈনরিবা অত্থুনি।

## ৱাহং।

১। নিংথৌদা করম্বা লমচং চৎকনি? নিংথৌ লৈবনা ঐখোইগী করি কান্নবগে? নিংথৌনা প্রজাদগী থাজনা লৌখৎলিবা করিগীনো?

২। নোং তাব্রিবা অসি কদাইদগীনো? নোং তাবনা ঐখোইগী করি কান্নবগে?

কবি বাল্মীকিনা রামগী লমচৎকী মরমদা অঙকপগী মশক ওইরবা রায়েং লেংহুনা সীতাগী মচা লব অমস্যুং কুশ মচিনমনাওদা তম্বিখি। ঙসিদি লবকুশনা রামগী সভাদা রামায়ণ শরুনি হায়রবা তাহুনা মুনিঋষি, নিংথৌ, অঙম-অথৌ অমস্যুং বার্ত্তনগী মী অতৈ অতৈনা রামগী সভা অহু থল্লে। রামনা সিংহাসনদা লেংশিনবা উরহুনা বাল্মীকিনা মীয়াম অহু কোঈনা অহুক য়েংলগা হাঈরকই “মহারাজ! সভা পুমনমক ইশৈ তানিংবগী মতৌ উরে; মরম অহুনা মহারাজগী য়াথং ফংলবদি ইশৈ হৌহনবনা ফরগত্রা নিংঙি।” অহুগী মতুংদা রামগী য়াথং ফংলহুনা লবকুশ মচিনমনাওনা বীনা পাঈ-রহুনা রামায়ণ শকপা হৌগৎলে। বাল্মীকিনা মমাংদনা রাম অমস্যুং সীতাগী মুংশিনবগী রা হেন্না শকউ হাঈহুনা লবকুশদা তাকখি। মচিনমনাওগী কোকিলবু ঙমজবা খোঞ্জেন্না বীণাগা লোঈননা নিংথি-জরবা রামায়ণগী ইশৈ শকপা তাবদা সভাদা লৈবা মী পুমনমক মিত্তা পি শিন্থদবা ঙমদে। পুমনমকনা হাঈনখি “ওস্তোকপনি! অঙাং অনি অসি ওস্তোকনা শ্রীরাম অমস্যুং সীতাগা মায়খ্রে, কিজেং অমস্যুং চহিগী খেন্নবা লৈত্রবদি মাখোই অনি অসিগা রামগা খেন্নবা লৈগনি হাঈবা নিংদে।” মী পুমনমক মিৎকম অমতা ওইহুনা লবকুশ য়েংলহুনা ইশৈ তারম্মী।

অমুমনা ঙাইহাক তারগা শ্রীরামনা লক্ষ্মণবু য়েংলহুনা হাঈরকই “ইবুংঙো লক্ষ্মন! মাখোইনা শকলিবা অসি নুংঙাইরে। হৌজিক্কি রাররিগনি, মাখোইদা সনা মোহর লিশিং অমতং পীখো।” লবকুশনা মাহু তাবমক্তদা হাঈরকই “মহারাজ! ঐখোইদি উমংদা

লৈবা মীনি, কেবমেৎবা পান্বা মী নত্তে। অফংবা উহৈ রাগৈ চাহ্নুনা লেল্লি, অফংবা উকু শেত্তুনা পাল্লি। ঐখোইগী সনাগী থোইনা করি কান্নফম লৈবগে? ঐখোইনা রানা ভমজয়রকলব মহারাজগী গুণ পুমনমক অসিবু ঙসি মহারাজগী সনামাংদা অমস্তু তিল্লরিবা সভা পুমনমক্কী মমাংদা শকচবা ওস্বা অসিনা ঐখোইগী নোমজয়রকপগী মহৈ য়াল্লে। ঐখোইনা শকচবদা মহারাজগী সন পুকনিং পেনবিরে হাঙ্গৈবিরিবা অসিনা ঐখোইগী ওকচল্লে।’ অঙাংগী মচিন্দগী অসিগুম্বা অথুম্বা অপাম্বা লৈতবা রাগৈ তান্নদ মী পুমনমক ঙকনখি।

লবকুশবু হন্না হন্না য়েংলগা কৌশল্যাগী পুকনিংদা থাজব পোকলে, “অনি অসি শোঙ্গৈদনা সীতাগী মচা ওইরমগনি নত্রবা মপাগা মচাগা নত্তুনা তেংবানবদা অস্তুমনা রামগা মান্নবা অসি থোক পা য়ারোইদবনি। কৌশল্যাদস্ত নত্তে, শ্রীরামস্তু, লক্ষ্মণস্তু, ভরত শত্রুঘ্ন পুমনমকস্তু অনি অহুবু সীতাগী মচানি হাঙ্গৈনা থাজখি মাখোই মচিনমনাও অনি অহুবু উরগা কৌশল্যাগী মপুকনিংদা সীত কাঙ্গৈনবগী অরাবা মৈচাক অহু শরুক অনি হেন্না চাওখৎলক্মী সভানা কাঙ্গৈথ্রবদা মাহাকনা লবকুশ মচিনমনাওবু কৌরহুনা তম্পাক্ত পমলহুনা চুপ্পহুনা কপলকই “হা জানকী! নহাকপু কদাইদ লৈরিবা!” মাহু উহুনা সুমিত্রা, উর্ম্মিলানচিংবা পুমনমক অরা তেংথাবা হোৌরকই। লবকুশ মচিনমনাওদি মাহু উহুনা ইঙকঙকখি

---

## ভীষ্মগী য়াশক।

হস্তিনা লৈবাক্কী নিংথৌ শান্তনুগী দেবব্রত কৌবা মচা অমা লৈরম্মী। শান্তনু মহারাজনা অহল ওইরকলবদা সত্যবতী কৌবী নুপী অমা লৌগে হায়না নিংখি। তৌইগুম্বস্নুং সত্যবতীগী মপানা ভীষ্ম লৈনদি শান্তনুদা মচানুপী পীয়ু হায়বা য়াবা ঙমখিদে। মাহাকনা শান্তনু মহারাজ য়েংলতুনা হায়রকই "মহারাজ! ইচা নুপী পোকলবদি 'কন্যাদান' তৌবা লমন তোল্লবনি; মহারাজগুম্বা অয়াম্বা গুন্না লৈতেংলবা নিংথৌদা ঐগুম্বা করিস্নু লৈত্রবগী ইচা কৎচৌ হায়বদি লাইবক ফবনি হায়বা খংজে; তৌইগুম্বস্নুং ঐগী পুনশি অসিদা ঐনা নিংজরিবা অমতংদি থুংবা ঙম্মরোই হায়বা উত্তুনা পুকনিংদা অৱাবগা লোয়ননা মহারাজদা ইচানুপী কৎপা ঙমদ্রে। ঐগী ইচানুপী অসিনা পোকপা মচাদা হস্তিনাগী সিংহাসন পীবিগে হায়না মহারাজনা য়াবিরবদি ইচা কৎচবা ঙম্মি। তৌই-গুম্বস্নুং মহারাজগীদি————।" শান্তনু নিংথৌনা মাহু তাবদা পাউথুম পীবা ঙম্মমদনা হস্তিনা কোন্নুংদা হনবা তাখি। তৌই-গুম্বস্নুং পুকনিংদদি সত্যবতীবু কাউবা ঙমখিদে।

শান্তনু মহারাজনা মতমলৈবখিবিক্কা অৱাবা য়াখল্লা খনবা অমস্নুং মমাংঙৈগুমনা নিংথৌগী থবক্কা হৈনিংদবা উত্তুনা নোংমা দেবব্রতনা শান্তনু মহারাজদা অৱাবগী মরম হংখি। মচাগী য়া তাবদা শান্তনুনা হায়রকই "ইবুঙো! নহাক অসি ঐখোইগী শাগেগী মাং-তুং হন্না য়েংবদা অনিগুদ্রবা থাউমৈগুম্বনি; নহাক অসি মচা চামা পোকপদগীস্নু হেল্লি হায়বা খংতুনা ঐনা অমুক

স্নুপী থিগে হাঙ্গনদি নিংবা লৈত্রে। তৌইগুম্বস্নুং অমতা পোকপা মচা হাঙ্গবা অসিদি পোক্তবগুম্বনি হাঙ্গবা অদু থল্লুরগা পুকনিংদা য়ামনা অৱাবা পোকই। মৱম অদুনা ঐনা অহিং স্নুংথিল অনিমক্তা নংবু তেক্তকাঙ্গদনা থম্বিনবা ঈশ্বরগী খুয়াদা নিজরিবা অসিনি।"

মপাগী ৱা তাবদা দেবব্রতনা লৈবাক্কী মন্ত্রীগী মফমদা চৎথিদুনা হাঙ্গরকলিবা ৱাহৈ অসিগী মৱমদা তান্নরুই। মন্ত্রীগী মচিন্দগী সত্যবতীগী ৱা তারদুনা দেবব্রতনা মপানা ৱারিবা অদুগী মৱম খংলে অমস্নুং থীনবা তৌদনা সত্যবতীগী মপাগী মফমদা চদুনা সত্যবতীবু পীনবগীদমক হাঙ্গজরম্মী। দেবব্রতগী ৱা তারগা সত্যবতীগী মপানা হাঙ্গরকই "হে কুরু শাগৈগী মৈয়াগী মশক ওইরবা! মহারাজ শান্তনুদা ইচ' পীজো হাঙ্গবদি ঐগী ইরাইবক ফবনি হাঙ্গবা খংজে; তৌইগুম্বস্নুং ঐগী অশেংবদা হাঙ্গদোকচৌ হাঙ্গরবদি ঐগী পুকনিংদা চিংনবা অমা লৈবা মৱমনা ঐনা নপাবুং মহারাজদা ইচা কৎলু হাঙ্গবা য়াদবনি।—নহাক্নুম্বা অয়াম্বা গুণ্ণা লৈতেংলব্বা মচানা লৈরিভৈদা সত্যবতীনা পোকপা মচানা নিংথৌ ওইগমি হাঙ্গবা নিংফম লৈত্রে।" মাহাক্কী ৱা অদু তাবদা দেবব্রতনা মাহাক্কী মপুকনিংদা চিংনরিবা অদু খংলদুনা হাঙ্গরকই "ফরে মাহুমক্তগী ওইরবদি ঐনা ৱাশকলিবা অসিনি ঐহাক কদৌভৈদস্নু নিংথৌ ওইরোই। অদুনা পাবুং মহারাজদা থুনমক 'কন্যাদান' তৌয়ো।"

মাহু তাবদা সত্যবতীগী মপানা হাঙ্গরকই "নহাক্নুম্বা ৱাশকচেংপা ইন্দ্রি খুদুমচনবা ভম্বা নিংথৌমচানা হাঙ্গবদা চিংনবা নত্তে।" তৌইগুম্বস্নুং সত্যবতীনা পোকপা মচাগা দেবব্রতনা পোকপশিংগা লাস্নীনদুনা কুরু শাগৈগী অইংবা থুগাঙ্গকম লৈতে হাঙ্গবস্নু কনানা হাঙ্গবা ওমগনি? মাহু তাবদা দেবব্রতনা অমুক হাঙ্গরকই "ঐনা ৱাশকলিবা অসিনি—ঐহাক কদৌভৈদস্নু স্নুপী থিরোই, অদু

ওইরবদি মাহুগী অমুক চিংনফম লৈত্রে।" দেবব্রতগী ৱা অদু তারবদা মপানা সত্যবতীবু শান্তনু মহারাজদা কংখি।

নিংথৌমচা অমগী মরমদা মপাগী পুকনিং থুংনবগীদমক নিংথৌগী শোঙ্গদনা ফংগদবা সিংহাসন থাদোকপা হাঙ্গৈবা অসি অরাইবা থবকনি হাঙ্গৈবা য়াদে। ভীষ্মনা মাহুবু থাদোক্কে হাঙ্গৈহুনা ৱাশকপা তাবদা তেংবানবা অপুম্বা ওকনখি। মাহাকনা মপুনশি চুপ্পা ৱাশক অনি অসিমক ওাক্লুনা তেংবানবদা ইন্দ্রি খুত্নমচনবা ওম্বগী অওকপা খুদম অমা থম্বিরমলে।

## ৱাহং।

১। ভীষ্ম হাঙ্গৈবা অসি কনানো? মাগী মরমদা করি থংবগে হাঙ্গৈয়ু।
২। লবকুশগী ৱারী শমনা লীয়ু।
৩। মহাভারতকী ৱারী শমনা লীয়ু।

## ইংরেজনা খুত্নমচনবা ভারত।

ভারতবর্ষগী ৱারীপাবা মীনা মুসলমান্না পানবা মরাইচাইরকলবা মতমদা ভারত্তা থোকখিবা অৱাবগী ৱারী পুমনমক অদু তাহুনা তুজংদবা ওমদে। মোগল নিংথৌরেনশিংগী থবক্তা মাইওম্লোকপা অমম্মুং মপাঙ্গল শোল্লকপনা ভারতবর্ষনা মপালনাইদ্রবা অৱাবগী ঈপাক্তা তাখিরম্মী। নিংথৌগী থবক তৌবশিংসু লমজিংবিবা ফত্ত-বনা নম্ভনত্তবা থবক্তা তৌহুনা লৈবাক মাংতাকনবগী মরম ওইখি। মপানগী য়েকনবনা তোঙ্গনা লান্দাবা অমম্মুং হুয়ান-চিন্নবীবনা ওৎপনা লৈবাক অসি মোংফমগী মশক ওইরম্মী। তম্বগী থাক্লেংশিংবা মরম

ৱাৎপনা প্রজা অপূন্বগী থম্মোই অদু অমম্বনা কুপথিদুনা মীওইশিং অফবা পুকচেন পুমনমক মাংখিরম্মি। মতৌ অদুগুম্বা অৱাবগী মখাগী অদুনা ভারত্তা অমুক শাংথরমলবদা ঐথোইগী লৈবাক অসি করমনা মাংওমগবা হাঙৈবা অদু ৱাখনচাউবা মী পুমনমকনা খংজিগনি। তৌইগুম্বসুং থোজানহৈরবা ঈশ্বরগী নোংদমনা ভারতকী ফগ্বাগ অসি হৌনবা খংলবা ইংরেজদা শিন্নবিদুনা ভারতপু অরানা পুমনমক্তগী কোকপিরে।

হৌজিক অসিদা ইংরেজনা পানবা মরমনা ভারতবর্ষ অসি নোংম-নোংমগী চাওখৎপগী লম্বীদা চংশিল্লি। মাসিগী মমাংদদি লৈবাক অসি মশীংল্লাকওমদ্রবা লৈবাক মচা মচা থাঙৈদুনা অমসুং লৈবাক মচা পুমনমক অদুগী নিংথৌশিং অদু অমগা অমগা লান্থীনদুনা লৈবাক্তা অইংবা কৌবদা লৈরমদে। হৌজিক্তি অকনবা নিংথৌ অমতগী মথাপোনবা মরমনা ভারতকী লৈবাক পুমনমক লান্থীনবা তোক্লুনা অমগা অমগা চান্ননা পানবা ওমনরে। নিংথৌ অমতগী অচুম্বা ৱায়েনগী মথাপোন্দুনা, নিংথৌ অমতগী লোন তম্বগী হৈনিংবা পীবিদুনা ভারতকী লৈবাক পুমনমক অসি অমতা ওইবগী থৌরাং পুনশিল্লে। মতিক মগুণ চাউরবা নিংথৌগী মথাপোন্দুনা লৈবাক মরমনা হৌজিক্তি মপানগী য়েকনবনা ঐখোইগী মুংঙাই-য়াইকবা অইংবা পুমনমক মাংহনবা ওমদ্রে। নিংথৌগী অওম্বশিংগী ৱারক হৈবনা লৈবাক্তা হুরানচিন্থীবগী অৱাবসু লৈত্রে। নিংথৌগী ৱায়েল চুম্বনা প্রজাশিংনা জাৎ, ধর্ম্মগী থেন্নবা লৈতনা প্রজানা ফংকদবা থোকপা মুংঙাইবা পুমনমক ফংহুনা পেন্নরে।

ইংরেজগী জাত্তা ভারতকী মীনা নিংথৌগী জাৎনি হাঙৈদুনা ইকাইখুমনরবদা নত্তনা তৌবিমন খংবগী খুদম উত্তবা য়াদবা মরু অমদি—লৈবাক্তা মহৈ শন্দোকপনি। ভারতবর্ষগী মকম মমু খুদিংদা মথলমথা অয়াম্বা তম্ফম লিংখৎপিদুনা ইংরেজনা ভারা

লৌশিংগী থাউমৈ থানবা য়ানবা লম্বী শেম্বিরি। লৌশিংগী অরুবা মণ্ডাল শন্দোকপগা লোঈনা লোঈননা ভারতকী মীনা অপংবনা মমলম্বা নত্তনত্তবা থাজবা পুমনমক কোক্নুনা চাওথংপা পুমনমক্কী মপু ওইবা ওমলে। ছাপাগী থবক্তা মনিংমখাতম্বা পীরিহুনা অফবা লাইরিক শন্দোকপা অমস্তুং পাউগী চেনা নিংথৌ অমস্তুং প্রজাগী পুকনিং অমগা অমগা থংনবা ওমহুনা ভারতকী অইংবা, চাওথংনবগী থবক্তা তেংবাংলি। রেলগী লম্বী, টেলিগ্রাফ, ষ্টিমারনচিবা পুমনমক লাংবিহুনা ঐখোইগী চথোকচংশিন, লল্লোনইতিকপগী থুদোং চাহল্লি। লম্বী থোংনচিংবা শেম্বা, অনাশং লিংখংপনচিংবা অফবা থবক পুমনমক ইংরেজ নিংথৌনা তৌবিদবা য়াওদ্রে। শমনা হাঈ-রবদা ঐখোই ভারত্তা লৈবা মীনা কন হৈরবা ইংরেজগী অইংবা তম্পাক্তা য়োকপিবা ফংহুনা মুংডাইয়াইফনা মতমলেনবা ওম্মি।

হৌজিক অসিদা মতিকমগুণ চাউরবা মডাগুবা জর্জ্জনা ভারত-বর্ষগী নিংথৌরেননি। প্রজাশিংনা মাহাক্কী অচুম্বা রায়েল, অমস্তুং লৈবাকডাকপহৈবগী মরুমদা থুপ্তুনা ইংনরি। ঐখোই ভারত্তা লৈবা মী পুমনমকনা ঈশ্বরগী থুয়াদা থুরমজরিবদি—ঐখোইগী নিংথৌরেন অসিনা মতমকুইনা পুনশিহুনা পানখিসনু।

## পুকনিংচংবা।

পুকনিংচংনা হোৎনরবদা থবকনা পাংবা লৈতে। পুকনিংনা চংরবদি লৌশিংনা কনা শিংহুনস্থু লৌশিংগী মহৈ চারবা ওমদে। মহৈত্তম্বদা পুকনিং চংরবদি হৈবগী নিংওক্ষম লৈদ্রে। অয়াম্বনা থবক তৌই, তৌইগুম্বস্তুং থবক্তা পুকনিং থিংজিনবা ওমদহুনা মহৈ ফংবা ওমদে; অহুনা অহানবা চাংয়েংবদা হেক শোঈবগা

থাদোক্লুনা থবকনা কান্নৱগদবগী পাদম লাকপা ওমদে। ঐখোইনা হিৱম অমদা কুইনা খনবা ওমদে, কৱিগুম্বা অৰুবা শৰুক অমা হেক য়োৱকপগা ঐখোইগী ৱাখল্লা হিৱম অদুগী মৱমদা অমুক খল্লিংউবা তোদে—মাদুগী মৱমবু পুকনিংচংবা ৱাৎপনি।

মম্নিংচৎলবা সার আইজ্যাক নিউটনগী ৱাৱী পাও। কৱিগুম্বা অৰুবা হিৱম অমা হেক খনবা হেৎবগা মাহাকনা হিৱম অদু নল্লনা অতৈ উবা লৈখিদে—অহিংদা চানবা মমাংদা তাদুনা লৈ—তোইগুম্বসুং মাহাকনা ৱাখন অমা খনবা হৌখ্রবদা চানবা অদু উদদুনা অহিংচুপ্পা চয়া হেন্দুনা নোংঙানখিবা খংহৌদে। অমুমনা হিৱম খুদিংদা পুকনিং থিংজিনবা ওম্বনা নিউটন্না পৃথিৱিদা ওইথোক্লবা থবক পাংবা ওমখিৱবনি। গণিতশাস্ত্ৰগী থোকপা ওমদ্ৰবা কিশি থোক্লুনা, বিজ্ঞানগী অৰুবা ৱাহংগী পাউখুম পীদুনা ফংবা ওমদ্ৰবা খুভম ফংবা অসি মাহাক্কী লেংদ্ৰবা পুকনিংচংবগী মহৈনি।

মহাভারত্তা দ্ৰোণাচাৰ্য্যগী চাংয়েংবদা অৰ্জ্জুন্তনা লাম্লোকপা ওম্বগী মৱম করিনো—অৰ্জ্জুননা তোগদবা থবক্তা পুকনিং থিংজিনবা ওম্বাও ৱাৱীদি অৱাইবনি, তোইগুম্বসুং লোনকম য়ামনা লৈ। যুধিষ্ঠিৱবু দ্ৰোণ্ণা খত্তোকখি—মৱমদি য়েংগদৌৱিবা উচেক্কা লোইননা যুধিষ্ঠিৱনা মচিন-মনাও ফাওবা উবা ফংভি—মৱম তোগদবা থবক্তা পুকনিং-লোংবা উবদা হৈশিংলবা ওঝা দ্ৰোণ্ণা যুধিষ্ঠিৱদা 'পাস' নত্ৰগা লাম্লোকপা নত্ৰগা পৱীক্ষা ওম্বা পীনিংখিদে। অতৈপুমনমকপু অদুমনা খত্তোকলে—কৱিগী? পুকনিং থিংজিনবা ৱাৎপগী। তোইগুম্বসুং অৰ্জ্জুনগী লেং য়োৱকলবদা দ্ৰোণাচাৰ্য্যনা হংখি "অৰ্জ্জুন! উচেক অসি উৱিবৱা?" অৰ্জ্জুন্না খুমখি "গুৰুদেব! ঐনা উচেক্কী মশা অপুম্বদি উবা ফংদে; মাহাক্কী মঙক্কদি উবা ফংভি" পৱীক্ষা ওম্মোইদফম লৈত্তে—মিৎ হাঙ্গবা অসিদি পুকনিংগী মখা পোনবনি। অৰ্জ্জুন্না উচেক্কী মশা পুমনমক উদদুনা মাগী মঙক্কা

উবগী মরম্মু কক্কদৌরিবা মণক অহুদা পুকনিং থিংজিনবা ওম্বননি। মাহুগী মহৈবু—মহাভারতকী অকনবা লানফমদা লানওম ফিরান থেম্বুনা পৃথ্বীদা অমাংঅতা লৈত্রবা মিংচৎ থনমলিবা অসিনি। লাইগী ৱা অসি থাদোক্কুনা ঐথোইগী নিতিগী থবক্কুম্মু পুকনিংচং-ত্রবদি থবকনা নিংথিনা পাংবা লৈতে।

## ৱাহং।

১। ইংরেজনা পানবনা ভারতবর্ষদা লৈবা মীগী করি কান্নবগে ?

২। হৌজিক ভাবতবর্ষগী নিংথৌবেল কনানো, মাবু পোকপা মপাগী মমিং করি কৌবগে ? ভিক্টোরিয়া হাঙ্গৈবা অসি কনানো ?

৩। পুকনিং চংবনা করি কান্নবগে ?

৪। অর্জ্জুনা দ্রোনাচার্য্যগী চাংয়েংবদা করমনা মাইপাকপা ওমখিবগে ?

---

## মহৈতম্বা।

তমজহৌ, নহৈ কন্না তমজহৌ,
নহা ওইরিঙৈদা নহৈ কন্না তমজহৌ।

লল্লেবম্মু কল্লকউম্মু, শকফম-ফজবম্মু মিহৌরুম্মু।
তেংবানবা অসিদদি, মহৈনা অথোইবা লল্লি
তমজহৌ।

মহৈ হৈতবা মীশিংদো, শাগা থেল্লবা লৈতেদো,
অম্মুম্বা মহৈ তম্মনিংদবা মপোক অহু অয়েম্বনি
তমজহৌ।

নহা ওইরিঙৈ মতমসি, তম্বগী অথোইবা মতমনি
অমা হৈবা ঙম্বগা, চামা হৈনিংঙক্কনি ~
তমজহৌ।
অঙাং ওইরিঙৈ মতমবু শান্নহুনা লেম্থোকলবদি
চহি মতাং চান্নগা নিংঙমদবা লাক্কনি
তমজহৌ।
মাংবা লৈতবা হৈনি পীথোকলগা হেনবনি
লৌশিংগী থাউমৈ থান্দবা, মীপোক অরেম্বনি
তমজহৌ।
তমজহৌ, নহৈ কন্না তমজহৌ,
তুংদা নিংঙমদনি কন্না তমজহৌ।

ৱাহং।

১। মহৈতম্বনা করি কান্নবগে? পুনশিগী করম্বা মতমনা মহৈতম্বগী অথোইবা মতমনো?

---

য়াহৌঙনবা।

য়াহৌঙনবা হাঙ্বা অসি মহৌশাগী হৌনৱিনি। জীব পুম্নমক অয়ুক অঙনবদা মুমিংথোক্লিঙৈগী মমাংদা হৌরা উই। অহিংগী মমৈ হেক্ক য়োৎরকপগা উচেকনা উফৈথক্তা তোংহুনা ইশৈশকপা হৌই; ঙাসু কাংঙনচিংবা ঈশিংদা তাবা জীবনা মপুক্নিং হৃরাওনা ঈয়োইবা হৌই; অয়াম্বা মুংথিলগী লৈরাংনা মকাক্না শ্রাংক্নাই; অসিনচিংবা। মন্নম অসিনা মীওইবনা মাসি পুমন্নমক থংনা, উমা

লাইনা তম্বিয়মলবা তুমনবগী মতম হেন্দোকনা তুমত্তুনা মমল নাইত্রবা পুনশিগী মতম অয়েম্বদা মাংহনবা অসি মীওইনা পোকপা ঐখোইগী চাউরবা দোষ অমনি হাঙ্গদবা য়াদে।

অয়ুক অঙনবদা হৌগৎলবদি নোংমা অত্তু চুপনা পুক্নিং অমস্তুং হকচাং অনিমক মকাফম্মুনা লৈ। অয়ুক্কী অইংবা মুংশিং অসি হকচাংফনবগী অথোইবা পাম্বৈ অমনি। হৈশিংলবা মান্সফিল্ডনা হাঙ্গখিবা অমা লৈ।—"ঐনা মতমকুইনা থিরুত্তুনা খংজরে— তেংবানবদা কুইনা পুনশিত্তুনা লৈনবগী মরমদা য়াহৌভনবগা মান্নবা অনিশুবা হিদাক অমা লৈতে।" মরম অসিমক্তনা ব্রারীলাইরিক্তা ঐখোইগী মুনিঋষিশিংগী অঙকপগী মশক ওইবা পুনশিগী ব্রা তাবা ফংঙি। মাখোইনা মুমিং থোক্কদবা পুংজা (দণ্ড) মরি লৈরিবৈদা হৌত্তুনা ভক্তিগা লোঙ্গননা মপুবু ঈরাৎপা হৌই। অতৈগী মরা তোক্তুনা ঐখোইগী ইরৈবাক অসিমক্তদা য়েংলবস্তু মাসিগী অওইবা খংবা ঙমগনি। থবক অমস্তুং মতমগী পোইয়ৈ মত্তুংইন্না ঐখোইনা হৌজিক মাসিগী হৈনবা কাউথিত্তুনা ঐখোইগী মমাংগী অহল্লমন্দগী কদাইমথৈ হকচাংফবগী মরীদা ময়েং তাথনবগী মরম অথোইবা অমা ওইরবগে হাঙ্গবা অত্তু ব্রাথনচাউবা মী পুম্নমকনা খংলরিগনি।

অয়ুক হাঙ্গবা অসি থবক তৌনবগী অথোইবা মতমনি। অহিংগী পোথাবা লোইরবগী মতুংদা থবক তৌরবস্তু ইরাঙ্গ লাঙ্গনা থুব্ক্তা পুকনিং থিংজিনবা ঙম্মি, মরম অত্তুনা থবক পাংবদস্তু থোইনা ব্রাবা লৈতে। জর্জ ব্রাশিংটনদা মাহাক্কী কনাগুম্বা মরুপ অমনা হংখি "নহাকন্না নিতিগী অস্তুপ্প য়াম্বা থবক অসি করম্না তৌবা ঙম্বগে?" মাহাকনা খুমখি "খাক্লা কমুংনা লৈরিবৈদা ঐনা থবক হৌই; অত্তুনা অতৈদগী ঐগীনা থবক তৌনবা মতম হেল্লি। অত্তুগা মহৌশ্রাগী হৌনবী মত্তুংইন্না ঐগী

হকচাং অমস্তুং পুকনিং অনিমক মুংঙাইবা অমস্তুং থবক্তা মাই-ওনশিন্নিংবা হেল্লি।

অওইবমক নোংমগী মুংঙাইবা অমস্তুং পুকনিং হৈনিংবা অসি য়াহৌঙনবগা কদাইমখৈ মরী লৈবগে হাঙ্গৈবা অহু অতৌবা মীতনা থংঙি। অয়ুক্কী নিংথিজবা উয়গা কনাগী পুকনিংনা হরাওদবা ঙম্বগে? নোংপোক মাইকৈদা তাংথক নাইত্ত্রবা মুমিংনা থোক-লকপা উয়গসু মিংকী পেন্নফম ওই; উফৈ মথক্তা পোম্বী চেকলানা খোংবা তায়গসু নাকোংগী ইংনফমনি। অয়ুক্কী নামিবা মলয়া মুংশিংনা য়ৈয়বসু পুকনিং হকচাংগী মুংঙাইনফম ওই। অসি পুমনমক থংহুনা ঐখোইনা য়াহৌঙন্নবা লাক্লবা চুম্মি হাঙ্গৈবা অহুদা কয়ি চিংনফম লৈবগে?

## ভরতনা ময়াম্বা নিংবা।

[দশরথ নিংথৌনা মচা অহন রামচন্দ্রবু মতিংচায়ে হাঙ্গৈবা উত্তুনা লৈবাকঙাকপগী থবক পুমনমক শিন্নরগে হাঙ্গৈনা নিংলকলে। দশরথনা মমাংঙৈদা কৈকেয়ীদা বর অনি পীগে হাঙ্গৈহুনা ব্রাশকথিবা অমা লৈ়। রামনা নিংথৌ ওইগদৌরে হাঙ্গৈবা তায়হুনা মাহাকনা মন্থরা কৌবী মনাই মুপী অমগী থৌইনশিন্দগী রামবু চহি ১৪ উমংদা চংহল্লু অমস্তুং ভরতপু নিংথৌ শেম্বিয়ু হাঙ্গৈহুনা নিরকলে। মপা নিংঙবা রামনা মনাও লক্ষ্মণ অমস্তুং সীতাগা লোঙ্গৈনহুনা উমংদা চংথি, অসোমদা দশরথনা মচা থাইনবগী ব্রাবনা শিখি। মতম অহুদা ভরত্তি মীরৈবাক্তা লৈথিরমঙ্গৈ। মাহাকনা মথরাইদগী হেন্না মুংশিজরবা ভক্তি তৌফম ওইরবা রামচন্দ্রনা উমংদা চংগ্রে

হাঙৈবা হেক তাবদা থীন্দনা অযোধ্যাগী অঙমঅথৌ অপুম্বা পুরক্লুনা রামবু অযোধ্যাদা অমুক হনবিয়ু হাঙৈবগী মরমদা মথাদা ইরিবা অস্তুমনা হাঙৈজখি। ]

" ঐনা মীৱৈবাক্তা লৈখ্রিভৈদা ঐ খংদনা ইমানা ঐগী ফনবনি হাঙৈক্লুনা শীনবিরমলিবা অসি ঐনা য়ানিংবা থবক নত্তে। ইক্ষ্বাকু বংশগী হৌনবী থুগাঈনা অযোধ্যাগী নিংথৌ ওইবদি থম্মু থমখ্রো মরোল অহুম্মক অসিগী অশুপ্পা নিংথৌ ওইয়ু হাঙৈক্লুনস্তু পামজদে। ইমা হাঙৈবা অসি লাইনি, ইপা হাঙৈবা অসিস্তু ঐগীদি লাইনি অমস্তুং গুরুনি হাঙৈবা খংজে; তৌইগুম্বস্তুং ঐনা ধর্ম্মগী হৌনবী, শাগৈগী হৌনবী পুমনমক থুগাঈক্লুনা হন্দক মফম অসিদা ইপা-ইমাগী য়াথং ঙাকপা ঙম্মরোই। অসি পুমনমক হৌখ্রে, হৌখ্রবগী-মক ৱারুক্লুনা কান্নদ্রে। হৌজিক শ্রীরামনা মাসি পুমনমক কোকনবা হাৎনবিদ্রবদা ঐবু পোকপী ইমা, অযোধ্যা, পোকপদগী মনাই ওইজরকলবা ভরত পুমমমক অসি মরু ফংনা মাংবা তাখ্রে, রঘু-বংশদা পাবুং মহারাজগী ফত্তবা মিংচৎ লৈহৌবা তারে।

মরম অসি পুমনমকনা অকুপ্পা ৱাখন তৌবিক্লুনা অমুক হন্দুনা অযোধ্যাদা লেংশিনবিরো। অযোধ্যাগী অশিংবা মন্ত্রী অমস্তুং অঙম্বা-শিংগা তান্নক্লুনা পাবুং মহারাজগী মহুৎশিন্দুনা অমুক পৃথিবী অপুম্বা পাকপিয়ু। বশিষ্ঠনচিংবা মন্ত্রখংবা ঋষিশিংবু মফম অসিমক্তা অভিষেক তৌজহল্লগে। অভিষেক তৌবা লোইরগা অযোধ্যাদা লংবিক্লুনা লাইরৈবাক্কী মপু শোরারেনগী মতৌগুমনা পাম্বোমগী লাঙ্গল্লা য়েকনবা অপুম্ববু ঙম্বিক্লুনা লৈপাক ঙাকপিয়ু। ইমা কৈকে-য়ীগী অথীবা মিংচৎ অসি কোকহনবিক্লুনা ঐথোইগী ঈরাৎনফম ইরবা পাবুং মহারাজবু অসিগুম্বা পাপ অসিদগী ঙাকপিয়ু। লাইনা হাঙৈজরিবা অসি তাবিদ্রবদি শোঈদনা উমংদা থৌগন ইনগনি ঈক্লুনা ৱাশকচরি। "

ভরতনা খুরুমলদুনা হঙ্গৎচরিবা রাদৈ পুমনমক অসি তারবমক্ত-দস্থু রামনা মাতুদা য়াবা ঙমখিদে। লৈরমলিবা পুমনমকনা রামগী রাশকচেৎপা অমস্থুং মপাগী য়াথংঙাকপদা পামশিনবা উদুনা অমুক্ত-ওইনা মুংঙাইবগা অরাবগা য়ান্নখি। মুংঙাইবদি—মাহাক্কী রাশক চেৎপা উবদা। রারুবনা—অযোধ্যাদা হমবিয়ু হাঙ্গৈবা য়াদবদা। মতম অদুদা অযোধ্যা সহরগী মী অপুম্বা, ঋষিশিং অমস্থুং মহারাণী-শিংনা মমিক্তা পি শিন্থরদুনা ভরতপু থাগৎলকই অমস্থুং রামচন্দ্রবু অযোধ্যাদা হল্লিনবিয়ু হাঙ্গৈদুনা হাঙ্গৈজরকই।

মতম অদুদা রামনা হাঙ্গৈরকই, "ভরত! নংস্থু পাবুং মহারাজনা পোকপনি। নংনা হাঙ্গৈরিবা অদু নংনা হাঙ্গৈগদবমক মতিক চাবনি। তৌইগুম্বস্থুং য়েংউ, মমাংঙৈদা পাবুং মহারাজনা (নংবু পোকপী) ইমাবু লৌঙৈদা কৈকেয় মহারাজদা রাশকখি। "মহারাজ! নহাক্কী নচা মুপী অসিনা পোকপা মচা অদুদা ঐনা লৈবাক পীগনি।" অদুগা মতুংদা প্লাই হিংচাবগী লানফমদা পাবুংনা ইমানা তৌবা সেবাদা পেন্দুনা বর অনি পীগনি হাঙ্গৈদুনা রাশকখি। অদুগী মতুং-ইন্না ইমানা নংনা নিংথৌ ওইবা ঐনা উমংদা চৎপা অসি নিরিবনি। মহারাজস্থু তৌনিংঙাই লৈতদুনা য়াবা তাখি অমস্থুং ঐবু কনদা থারকইবা অসিনি। হৌজিক্তি ঐদি রাশক ঙাকমবা উমংদা লাকলে—নংস্থু পাবুংগী সনায়াথং মতুংইন্না অমস্থুং রাশক ঙাকনবগীদমক থীন্দনা লৈবাক ঙাকপা হৌরো।"

মাদু তাবদা রাখ্রদুনা ভরতনা হাঙ্গৈরকই "শেন্থু ওইবা বামন্না মাগী শেল ফংনবগীদমক্তা শেলতোনবা মীগী থোং লোন্দুনা থন্না অদুগুমদুনা, রঘুনাথনা হেক লেংঙক্রিবা ফাওবা থাংপোকশং অসিগী মমাংদা চয়াহেন্দুনা লৈপাক্তা তাদুনা লৈগদবনি।" অনি হাঙ্গৈদুনা ভরতনা কুপগী ফিদা থারদুনা লৈপাক্তা হিপথখি রামনা হাঙ্গৈরকই "ইবুংঙো!' ঐনা করম্বা কাঙ্গৈরুদুনা নংন

অস্নুম্বা লমচৎ চৎলিবনো ? হৌজিক্তমক নংগী ব্রাশক অসি থাদোক্নুনা অযোধ্যাদা হল্লো।"

মতম অদুদা ভরতনা হৌগৎলদুনা হাঙ্গীয়কই "লৈবাক্কী অঙম্বশা তাবিয়ু ; মন্ত্রীশিংসু তাবিয়ু ; ঐনা ইপাগী খুভম নিজবসু নত্তে ; ইমাদা ঐনা মাসি নিবিয়ু হাঙ্গীদুনা ঈনশিনবসু নত্তে ; অদুগা ধর্ম্ম কাঙ্গীব্রবা রামচন্দ্রনা উমংদা চৎকনি হাঙ্গীবা অসিসু ঐদি খংবা নত্তে। হৌজিক ইপাগী য়াথং ঙাকপা, অমসুং অসুমনা লেনবা অসি মাহাকনা খোঙ্গীদায়ুবদি ঐহাকমক মাগী মহুৎশিনবগী মওং ওইনা চহি ১৪ উমংদা চৎলগে।"

ভরতকী ব্রাহে তাবদা রামনা ইঙকঙকলদুনা অযোধ্যাদা লৈবা মী পুমনমক্তা হাঙ্গীয়কই য়েংউ, "ইপানা হিংলিঙৈদা লৈবা, য়োনবা নত্রগা বন্ধানগী মশক ওইনা পীনরমলবা অদুবু থৌশাদবদি ভরতকী অমসুং ঐহাক্কী অফবা থবক ওইরোই। ময়ম অদুনা উমংদা চৎপদা মহুৎশিনবা মী হাপ্পদি ঐগীসু অথীবা মিংচৎ লৈহৌরগনি। ইমা ইবেম্মা কৈকেয়ীনা হাঙ্গীবসু অচুম্বনি, পাবুং মহারাজনা তৌরমলিবা অদুসু অরানবা নত্তে। ঐনা ভরতপু মুন্না খংই। মাহাক্কি ঙাকপিহৈবা অমসুং অহল্লমনগী ইকাইখুম্নবা ঙাকপা মীনি। মাহাক্কীদি করি অমতা লানফম লৈতে। ঐনা উমংদগী হল্লকলগা মাহাক্কা লোঙ্গীনদুনা অমুক লৈবাক ঙাকলগে। ইবুংঙো, ভরত ! ইমা ইবেম্মা কৈকেয়ীগী নিংবা মতুংইন্না ঐসু উমংদা থোরকলে ; নংসু পাবুংগী য়াথং অসি শোঙ্গীদনবা ঙাকউ।"

মতুং অদুদা ভরতনা খুৎলোম্নরদুনা অকিবগা লোঙ্গীননা ব্রাহে মতেক মতেক ওইনা হাঙ্গীয়কই "য়াম্বুংনা শাগেম্মী হৌনবী মতুং-ইন্না নিংথৌ ওইবিদুনা ইমা ইবেম্মা কোশল্যাবু পেলহনবিয়ু। ইত্তোমতনা অম্বুপ চাউবা লৈবাক ঙাকপসু ইতিক নত্তে। প্রজাবু

পেনহনবা হাঙবা অহুন্সু ঐনা ওম্বা থবক থোক্তে। লৌউবশিংনা কুমগী নোং ঙাইবগুমনা প্রজা, শাগেনাতে মরুপমপাং পুমনমকনা রঘুনাথবু ঙাইরি। মরম অহুনা লৈবাক লৌবিরগা কনাগুম্বা অমদা শিন্নবিয়ু। য়াম্মুংনা শিন্নবিবা মী অহুতনদি প্রজাশিংবু ঙাকপা ওমগনি।"

ফুইনা হৌরকপা নোংবু ঙমজনবা ওইবা কুচু অমদি থম্বাল মাল্লবা িংনা মাগী ওইরিবা ভরতনা অসি হাঙহুনা রামগী খুয়াদা তুখ্রে, অমস্থুং হন্না হন্না মমাংগী মতৌগুমনা রামগী খুয়াদা হাঙজয়কই। মতম অহুদা রামনা মাহাকপু মতম্পাক্তা পমনহুনা ঙাম্নুকাংঙবু ঙমজরবা নিংথিজবা থোঞ্জেন্না হাঙরকই। "ইবুঙো! মহৌশাগী ওইবা নত্রগা তম্বদগী পোবপা লৌশিং হৌজিক্তা থোরকলি। লৈবাক পুহৌগে হাঙহুনা নংনস্থু য়ায়ে। হৌজিক অশিংবা মন্ত্রী অমস্থুং মরুপমপাংশিংগী পাউতাক লৌহুনা থবক তৌবা হোরো। মুমিংনা নোংচুপালামদা হৌরকলবস্থু, হিমালয়দা উন তাখিত্রবস্থু সমত্রুনা তোর্বান থুমহৎখ্রবস্থু ঐদি ইপাগী রাশক থুগাঙবা ঙম্মোই। নংবু পোকপী ইমা ইবেম্মনা নংবু মুংশিবদগী ওইরবস্থু অপাম্বদগী ওইরবস্থু তৌখিবা থবক অসি নং অমুক নিংশিংঙুরগম্মু। ইমাদা তৌবা হৌনবা ভক্তি অহু খক কাঙগম্মু।"

মতুংদা ভরতনা কোরৌহনবগুমনা মতিক চাউরবা, নিনিপানবা থাগুম নিংথিজরবা রামগী য়াথং তারহুনা হায়জয়কই। "হৌজিক অসিদা সনাখোংনেৎনরিবা খুরুম অসি লৌথোকপিয়ু মাসিবু মাংখ্রবা মণি ফংজবগুম ঈরাৎচহৌগে।" রামনা খুরুম পীরবদা ভরতনা খুরুম্মহুনা হাঙয়কই "ঐনা নিংথৌগী তৌগদবা থবক অপূম্বা খুরুম অসিদা হঙ্গহুনা উকুশেৎ জটাপুহুনা খুঙংগী মপানদা চহি তরামরি শ্রীরামবু ঙাইহুন' লৈজগে, চহি ১৫ শুবগী অহানবা মুমিত্তা শ্রীরাম সীতা লক্ষ্মণবু উবা ফংত্রবদি মৈম্মুংদা চোংশিন্দুনা শিগনি হাঙহুনা রাশবচরি।"

শ্রীরামনা ভরতনা হাঙ্গৈজবা অহু য়াবিরহুনা হাঙ্গৈরকই "ভরত! ঐহাকনা জানকীগা লোঙ্গৈননা নংনা হাঙ্গৈরিবা পুমনমক অহু য়ারহুনা ৱাশকলি। নংনা ইমা কৌশল্যাবুসু নিংথিনা সেবা তৌরন্মু; নংনা অৱাৎপা পুমনমক হংহুনা হিরম অমতদসু ইমাবু নুংঙাইতবা তৌগনুমগনু।" অসি হাঙ্গৈহুনা শ্রীরামনা হীকনা হীকনা কপলকই।

শ্রীরামগী য়াথং পুমনমক মকোক্তা হাপ্তুনা ভরতনা খুরুম অহুবু শামুদা থাঙ্গত্তুনা ময়াম্ববু য়েৎওইননা কোঙ্গৈরে। ধর্ম্মচেন্নবা রামনা শাগৈগী গুরু বশিষ্ঠনচিংববু মতিকচানা ঈয়াৎলে, মতুংদা ভরত, শত্রুঘ্ন অমসুং মন্ত্রীশিংবু ঙমনা কোন্নরে। মতম অহুদা নিংথৌগী মাহারাণী অপুম্বনা রামবু থাইনগনি হাঙ্গৈবগী ৱাবনা খোঙ্গেল ৱাংনা তেংথাখি। রামচন্দ্রনা পুমনমক্কী থুয়াদা খুরুমহুনা খাংপোকশং তান্না লেংশিনখি।

ৱাহং।

১। ভরতনা ময়াম্বা নিংবগী মরমদা করি থংবগে হাঙ্গৈয়ু।
২। 'রামনা বন চৎপগী' মরমদা রচনা অমা শেম্মু।

চীংগী লৈরাং অমদা।

লৈরাং-নংবু কনানো?
লোইবী চীংগী নাপোমদা,
পামেল ক্যামলৈ মথক্তা,
লৈকা কন্না নোকইবা?

শীংঙেন নমান্নবস্তু উদা,
কৈরাং শামান্নবস্তু য়াওদা,
লৈয়াং কনাবু য়েংহনা
কৈরা'থক্তা ঙাল্লিবা ?

মেলৈ লৈস্না মুংজুম্পান
কদায়দি লৈম্নুংশি !
লৈয়াং লৈচন খংদনা,
মাংগদবা পাম্মুইদো।

থাইনগী লৈয়াং অমনবা,
মল্লা মল্লা লৈম্নুংশি,
লৈয়াংবিনবা লৈতবনা
লৈমনিংথৌ য়োদ্রেদো ?

লৈয়াং নংবু উবদা,
নংগী ৱাস্তু নিংশিংদা
ঐগী ৱাস্ত্র খল্লুদা,
ৱাখনগী ঈথক হৌরিবা !

শীংঙেন নংবু উবদা,
লাইবক ফবা কবিনা
চাংজো নাইদবা ঈপাক্তা
ৱাখনগী ঈপাক্তা লুপলিবা !

মুংশিরবা মরুপলোই !
ঐনা তোমশাৎনবদি
উৱিবস্ত্র কল্লক্কে,
থাগৎপস্থু মিহৌদে।

মপুগী খুভম অচিকপা,
অপাম্বা নংগুম্বা কনানা,
লাক্তনা য়েংগে য়েংসম্নু
লৈরাং পুকনিং পেনগনি।

য়াহং

১। য়ারেং অসি পারগা করি পাউতাক ফংবগে?
২। মেসৈ লৈম্না হাঙ্গৈংবা অসি করম্বা লৈনো? মাবু লৈমনিংথৌ য়ৌদ্রে হাঙ্গৈবা অসিগী ভাব করিনো?
৩। মথাদা ইরিবশিং অসি হাপ্তুনা য়াহে পরেং অমমম শেম্মু। তোমশাংনবা, লোইবী, থাইনগী লৈরাং, লৈরাংবা, শীংঙেন, লৈচন, শামান্নবা, নাপোম, ফৈরা অমসুং লৈমনিংথৌ।

নিমাইনা মরুপনিংবা।

বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকপা চৈতন্যদেবগী মমিং নখোই পুমনমক তাররিগনি হাঙ্গৈনা নিংঙি। ওইথোক্তবা মতিকমগুন্না মাহাকনা নহাওইরিঙৈদনা মপালনাইত্রবা মহৈগী মপু ওইবা ঙমখি। মতম অদুগী চাউর-চাউরবা পণ্ডিতশিংনা মাহাক্কী ওইথোক্তবা মহৈ অমসুং মহৈমশিং হৈবগী হৌনবা গুণ পুমনমক উবদা ঙকনখি। মহৈ হৈবগী লৈবাক ফাওরবমক্তদসু মাহাকনা মহৈগী নাপল তৌবা লৈখিদে।

মমিং চংলবা "ন্যায়শাস্ত্র" থংবা রঘুনাথ হাঙ্গৈবা অদু নিমাইগা তম্মিন্নবা বাসুদেবগী ছাত্র অমনি। অমসুং নিমাইগা য়াম্না

চান্নরম্মী। বাসুদেবনা রঘুনাথবু য়ামনা চাল্লি, পিকলি হাঙ্গৈদুনা নিমাইবুদি কয়া লুনা য়েংশিল্লমদে তৌইগুম্বস্নুং নিমাইনা মশাগী মগুণমক্তনা ছাত্র অপুম্বগী মকোকথোংবা মফম ফংবা ঙমখি—করি অমুক হাঙ্গৈগনি মহাক্কী ওঝা য়ৌনবু ছাত্রগী মফমদা মাইথীবা ফংবা তাখি।

নোংমা নিমাইনা রঘুনাথগা লোঙ্গৈননা গঙ্গাদা হি তোংদুনা কোঙ্গৈরম্মী। অসিগী মমাংদগী রঘুনাথনা হৌজিক ফাওবা ভারত্তা মমিং চৎলবা দধিতি হাঙ্গৈবা ন্যায়গী লাইরিক অদু লেংবা হৌগৎ-লম্মী। রঘুনাথনা নিংঙম্মী মাহাক্কী দধিতি হাঙ্গৈবা লাইরিক্কা মান্ননা ফবা ন্যায়গী লাইরিক অমা থোরকলরোই। মরম অদুনা মপুকনিংদা য়ামনা নাপল তৌরম্মী। মতম অদুদা অসুম লাইরিক্কী ৱায়ী শানরকপদা নিমাইস্নু ন্যায়গী লাইরিক অমা লেংবা লাকনরি হাঙ্গৈবা খংলে। মহাকনা হাঙ্গৈজবা মতুংইন্না নিমাইনা লাইরিক অদু রঘুনাথবু য়েংহল্লে। মাদু উবদা রঘুনাথগী মমিত্তা মপি শিম্থরকই।

চান্নরবা মরুপকী মমিত্তা মপি তাবা উবদা নিমাইনা য়ামনা অৱাবা খোঞ্জেন্না হংলকই "হে রঘুনাথ! নহাক্কী নমিত্তা পি শিম্থবা উরগা ঐহাক য়ামনা ৱাই, লাইরিক অদু ফজ্রবরা অমস্নুং নংনা নিংবা থুংদ্রব্রা?" মাদু তাবদা রঘুনাথনা খুমলকই, "নিমাই! হৌজিক্তি ঐনা নিংবা অপুম্বা কাঙ্গৈরে।"

ঐস্নু নহাক্কী নতৌগুমনা ন্যায়গী লাইরিক অমা লেংবা লাকনরি। ঐনা নিংঙম্মী ঐগী লাইরিক অদুগা মান্ননা ফবা ন্যায়গী লাইরিক অমদি থোরকফম লৈত্রে। তৌইগুম্বস্নুং নংগী লাইরিক অসি পারগা ঐনা নিংথিনা খংলে, নংগী লাইরিক অসি লৈরিঙৈদদি ঐগী লাইরিক অসিগী চন্নফম লৈতে। মরম অদুনা ঐনা নিংলম্বা, ঐনা নাপল তৌরম্বা পুমনমক অসি মরুফংনা মাংলে।

অত্থু তাৱবদা মরুপ নিংবা নিমাইনা "কনানা চন্নফম লৈতে হাঈবগে" হাঈত্থুনা কুইনা লাংথৎলকলবা লাইরিক অত্থু মচেৎ মচেৎ শেগাঈত্থুনা ঈশিংদা হুম্থখ্রে। "রঘুনাথ, ঐগীদি মিংগী কান্নবা লৈতে নংগী লাইরিকনা ভারত্তা মমিং চৎপা ওইসন্থু, ঐ নংগী মিত্তা পি শিন্থবা উরবদি ঐগী থম্মোই অসি অৱাবগী মৈনা কই" হাঈত্থুনা নিমাইনা রঘুনাথবু কোনাখি।

নিমাইগী মরুপনিংবা উবদা রঘুনাথস্থু ঙকখি। হৌজিকফাওবা থিবীগী জীব পুমনমকস্থু নিমাইগী মরুপনিংবা অত্থু তাবদা শুন্মাং-রি অমস্থুং ফিদম লৌনফম ওইরি।

## সীতা হূবদা।

খুত্তা লীরুং পাঈত্থুনা ইবুংঙো রামচন্দ্রনা
খাংপোকশংতমনা লেংলকলি।
লিনগী মপৈনা ওইওইনৈ লমহূইশিংনা য়েংওইনৈ
ফত্তবা খুদমনা মাংওইনরকলি।
অহিংগী চেকলা খিবিকনা অৱাবগী খোঞ্জেন্না
তোইনা তোইনা খোংলকলি।
মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণনা মারীচিনা কৌবদা
খাংপোকথাদ্ধুনা লাকত্রা?
কোন্নুং থাদ্ধুনা লেংলকলে অৱাবা পন্দোল লোমলকলে
অমুক্কা অৱাবা তাগত্রা?
ইবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রনা খোয়ুম লাইবু কৌদ্ধুনা
সীতাগী মঙ্গল নিয়কই।

নিংঙকপন্থু থোকলরে লক্ষ্মণবু মাংদা উরকলে
ইফিং ফিংনা হংলকই।
করিগী ইবুংঙো নঙাকনা জানকীবু থাদোক্কুনা
অশুকপা বন্দা লাকলিবা ?
দণ্ডক হাঙ্গবা বন'সিদা মতম লৈবা খিবিক্তা
হিংচাবনা চাকতারি।
অসি ৱাবু হাঙ্গদুনা তুংগা মাংগা লেংদুনা
সীতা সীতা কৌরকই।
অহাংবা খাংপোক উদুনা নুংশি'কোলোই তাদদুনা
লৈপাকথক্তা ৱান্থুখি।
তনিক তনিকপা খোঞ্জেন্না মনাও লক্ষমনবু কৌদুনা
অৱাবা খোঞ্জেন্না হাঙ্গরকই।
করি অমুক হাঙ্গসিবা সীতাবু কনানা হূখ্রবা
হুজিক করম তৌসিগে ?
অসি ৱাবু হাঙ্গদুনা অমুক খীনবা তৌদনা
সীতাবু থিবা থোরকলে।
মফম খুদিং হন্দুনা চীং লোক খাঙ্গদনা
সীতাবু থিবা হৌরকলে।
য়েংখ্রবসু পেন্দদুনা অমদা চামরক য়েংদুনা
নারক নমদুনা থিরকই।
হোৎনবা মহৈ য়াম্দ্রবদা মনাও ইবুংঙো লক্ষ্মণদা
শ্রীরামচন্দ্রনা হাঙ্গরকই।
হৌজিক করি তৌসিগে মফম কদাই' চৎসিগে
কদাইদা চৎলগা সীতা ফংগবা !
মুংশিহৈত্রবা য়াহনা মাইথোং থাদু উদুনা
ঙক্তনা য়োৎখরবরা ?

ঐগী অনংবা উত্থনা মমা লৈপাক লৈমনা
মচাবু পুশিনখয়বোই।
কৈকয়ীনা নিংলকপা ঙসি ঙমিৎ অসিদা
মপুংফানা থুংখরে।
পঞ্চবটী উমং ও! সীতা কৌবী সতীদো
মফম কৈদা চৎখ্রবা!
অসি ৱাবু হাঈত্থনা ইবুংঙো শ্রীরামচন্দ্রনা
তৱাতেংথাবা হৌরকই।

## কল্লকপা।

কল্লকপা হাঈবা অসি মীওইবগী লৌখৎনিঙাই লৈত্রবা ফত্রবা পুকচেল অমনি। মাসিনা ঙগী মতৌগুমনা মীগী ফজবা পুকচেনগী ওইবা য়াবা নিংথিবা শকফম পুমনমক অমুক্তা ওইনা মাংহল্লি। কল্লকচাউবা মীনা কল্লকপগী মৈনা চাক্তুনা মাংঙি হাঈত্থনা লাই-ৱিকনা হাঈবদা করি লানবা লৈবগে? মাহাক্কী মপুকনিংদা অহিং ঙুংখিল কুম্বিকালেন থাঈদনা অৱাবগী মৈনা চাক্তুনদা লৈ; মাহাক্কী মশা অমঙুং মাহাক্কী মপুকনিং অত্থু মাত্থমক্তনা লৈখা তানবগী মশক ওই—তৌগদবা থবক্তা মাইওনশিনবা ঙমদে। অঙুমনা তেংবানবগী খৎনচৈনবা অয়াম্বদি কল্লকপদগী থোকপা উই। মী কয়া, জাৎ কয়া, লৈবাক কয়া কল্লকপগী মৈনা চাক্তুনা মাংখ্রবগে হাঈবা অত্থু মমাংগী ৱারী খংবা মী পুমনমকনা খংলিগনি হাঈনা নিংঙি। অত্থুগা কল্লকচাউবা মীগী তমথীরবা পুকচেন অমা উই—মাহাকনা থম্বান্দা তিংখং নত্তনা অতৈ উদে, লৈদা তীন নত্তনা অমা উদে, থাদা মাইহিং নত্তনা ফজবা অমা লৈ হাঈবা খংদে, তেংবানবদা মাহাকনা

ফত্তবা নত্তনা অফবা উদে। মাহাক্কা মান্ননা মরাইবকথীবা কনা? লৈবগে? ভেংবানববু নুংঙাইবগী মফমনি হাঙ্গৈরবদা মাতু ফংবা ঙম্মোইদবদি মাহাক্তনি।

কল্লকপা হাঙ্গৈবা অসি মীথোই মীহেনবা পাম্বদগী থোকপনি. হাঙ্গৈবস্ত কনাগুম্বনা হাঙ্গৈনিংবা য়াই। তৌইগুম্বস্তুং মাতু করি করিগুম্বা মফমদা চুম্বা য়াওরবস্তু পুকচেনচাউবা মী পুমনমকনা মাতুবু তুক্কচনৈ। অফবা খুভম ফংনবা তানবা হাঙ্গৈবা অসি খ্বাই পুমনমক্কীমক তৌগদবা থবকনি। অফবা তানখৎনবগীদমক লেপখ্রবা পুকচেন অতুদা কল্লব-সিহৌবগী চংফম লৈতে। চাওখৎ-নবগীদমক লাংতকনরবা পুকনিং অতুনা অতোপ্পগী অফবা তারগা নুংঙাইনৈ অমস্তুং মাতু তাতুনা, মাতু উতুনা মশাবু অমুক হেন্না চাওখৎনবা লাকনৈ। মাহাকনা অতোপ্পগী মাইকৈদা ফত্তবা মিৎয়েংনা য়েংচনবগী মতম ফংদে। অতোপ্পগী অফবা উরগা কল্লকইবা, অমস্তুং মাতুদা মিহৌরুতুনা অতোপ্পগী মাংনবা ব্রাখন তৌরুবা ঙমলিবা মীশিং অহ্না করমনা অফবা তানখৎলিবনি হাঙ্গৈবা য়াবগে?

অঙইবমক কল্লকপা হাঙ্গৈবা অসি য়ামনা পুকচেন পিকপগী খুদমনি। মাহাকনা মীগী অফবা উরগা কল্লকউরিবগী মরস্তু করিনো? মাহাকনা খল্লি, মাহাকস্ত ফংজবা য়াবা নত্রগা মাহাক্কী ফংফম থোকপা পুমনমক হোংবা অসিনা চাওবা অতুনা ফংখ্রে মরম অহ্না লম্বুম নত্রগা অফবা মিচং করিগুম্বা অতু মাহাক্কি ফংবা ঙম্মরোই হাঙ্গৈনা খন্দুনা মাহাকনা মিহৌই। তৌইগুম্বস্তুং মাহাকনা পৃথিবীদা পোকলিবা মীওইবা পুমনমক অসি অফবা খুভম ফংবা য়াবঙাক্তনি, পাক-চাউরবা পৃথ্বি অসিদা খ্বাই পুমনমক হিরম অমদা নত্রবস্তু হিরম অমদা চাউখৎপা নত্রগা মিংচৎফংবা য়াবঙাক্তনি হাঙ্গৈবা খংলমলবদি কল্লকপা তোক্তুনা মীগী অফবা উহ্না হরাওবা

ঙমলমগদবনি। মাহাকনা চাওখৎনবা লম্বীদি মশীং নাইদবনি, মী পুমনমক অসি হিরম অমদা নত্রবস্থ হিরম অমদা মীকোক-থংবা ঙমনবা হোৎনবা য়াবঙাক্তনি হাঙৈবা খংলমলবদি মীগী চাওখৎপা উরগা, মীগী অফবা তারগা কল্লকপা তোক্তুন মাহাক্কী অমস্থং মীওইবা জাৎকী মঙ্গলগী মশকনি হাঙৈনা নিংবা ঙমদুনা পেন্নরমগদবনি।

কল্লক-মিহৌজাওবা মী হাঙৈবা অসি অমরোমদা হাঙৈরবস্থ মশাদা মীবু মুংশিহৈবগী পুকচেল লৈতবা তমথীবা জাৎনি হাঙৈবদা লান-ফম লৈতে। মাসিদগী মীবু তাথীৱা ঙাংনিংবগী পুকচেন পোকই। কল্লকচাউবা মীতনা মীগী ফত্তবা উরগা অফবা পুমনমক কাউ-থোক্তুনা মীবু তাথীৱা ঙাংনিংবনি। অওইবমক কল্লকপা হাঙৈবা অসি তেংবানবগী মীওইবা পুমনমক্কী থীরবা মিংচৎ অমনি। মহূ-পানবা খোইগুমনা মশানা ফংফম থোকপা করিগুম্বা কান্নবা অমতস্থ লৈতনা মীগী থমোইদা চিকলুরিবা, অচুম্বা মরম অমতস্থ লৈতনা মীগী মনিংমখাতম্বা অমস্থং ইকাইখুমনবগী মথক্তা খরদং য়েংথাঙৈবা পীবা ঙমলগা পেন্নরিবা অমদি পৃথিবীদা মশা নত্তবা কনাগুম্বা অমগী নিংথিবা মিংচৎ, ইকাইখুমনবা অমস্থং চাওখৎপা উরগা অৱাবা মৈনা চাকলিবা অতুগুম্বা কল্লকপা পুকচেন অতু মী পুমনমক থাদোকপনা মতিক ওই।

---

## শিবা।

ঙসি শিনি পাউচেন্দে,
হয়েং শিনি পাউতাক্তে,
লৈরাং লৈখোক লোঈরগা, হৈরাং মমুন ফারগা,
মালেম'খক্তা কেনখিগনি।
শিবগী মতম খংবরা?

হুমিৎকী তানবা মতম লৈ,
উনাগী কেন্নবা মতম লৈ,
অমং য়াইখোং কূম্বগা, চান্নবা মরুপ শাজুনা,
মিনা হকচাং মতুংইনবগুম,
অশিবনা ঐখোই'ইতুং ইল্লকলি।

সমদ্রু ঈপাক'থক্তুদা,
চিকমাংনবা কোঙ্গোলগা,
তাইবং রাঙ্গোনশং'থুদা, তাইবংমোংফম মথক্তা,
মীওইবগী মপোককা,
করি খেন্নবা লৈবগে?

নোংমদন'তিয়া থক্তুদা,
ফুইনা হোবা নোংলক্তা
লোংথাংগী জগোই শাবগুম ফকলাংদা লৈতুম থাবগুম
তাইবং লীলাগী ফম্বাক্তা
উৎলমলগা মাংখিগনি।

ভীষ্মনা কদাইদনো
নেপোলিয়ান্না কদাইনো
তাইবং লাম্ফনথক্তুদা লানডম ফিরান থেৎলগা
মিংচৎকী য়ুম্বী য়ুংত্নুনা
লোইনা নোংগানখরে।

নিনিগী শাবা ময়ুমনি
শিবগা লোঈনন। মাংগনি
মাং তুং য়েংদনা তাইবং ঈপাক্তা তাউত্নুনা
ঈশিংদা কোঙ্গোন তাকপগুম
মৈতান্না ৱাথৈনরনি।

ধর্ম্মনা লেংদবা উপান্নি,
মিংচৎনা মাংদবা মরন্নি,
তাইবংপান্দা পোক্তুনা তাইবং থবক পাংত্নুনা
মিংচৎকী উরোং থিল্লম্মু
পোকপা মহৈ য়াহ্নল্লু।

ৱাহং।

১। ৱারেং অসি নশাগী লোন্না ইথোকউ।
২। মাসিগী পাউতাক করিনো ?

---

মপুনিংবগী অথেংবা খুদম।

রাজপুত শাগে অপূর্ব্বগী চাউথোকফম ওইবা য়াবা মতিক মগুণ চাউরবা সংগ্রামসিংহ নোংগাখ্রে। মাহাক্কী লেংদ্রবা মথৌন অমসুং পান্দমনিঙাই লৈত্রবা অথৌবদি তেংবানবদা অতাংবনি। ইকাই-খুমননবগী মশক ওইবা খুৎলাই মফম মরিফুখকন্ মশাদা লৈতেংলম্মী। য়েকনবগী ফত্তবা পুকথিন অমসুং কল্লকপগী লাংদা থুত্না ঙসি রাজপুতকী তাংথক নাইদ্রবা থাগী মগক ওইরবা সংগ্রামসিংহনা মুংশিনবা লৈত্রবা তেংবানবা থাদোকলমদু। ইংলবা লাইরৈবাক য়ৌখ্রে। তেইগুম্বসুং অৱাবদি মিবারগী ঙাম্মোইরবা মুমিৎ অসিনা তাখিবগা লোঈননা বাপ্পারাওগী শেংলবা লূরবা শাগে অসি নির্ব্বংশ ওইনা মুংকদৌরি! মরমদি পিকলবা অঙাং উদয়সিংহসু হৌজিক্তি য়েকনবগী মখুং চনখ্রে।

থোকলগদৌরিবা অৱাবগী মরমদা খংদ্রিবা উদয়সিংহনা হৌজিক ফাওবা চাত্না থক্লুনা মুংঙাইরি। নিংঙাইবা লৈতনা তুমলি। অসোমদা তমথীরবা য়েকনবনা মাহাক্কী য়েকনবা ওইরিবা বাপ্পাগী শাগৈবু মরুফংনা মাংহনগে হাঈবগীদমক চংশিল্লকলে, মাদু মাহাকনা খংবা লৈত্রি। অৱাবনি! ঙসি মিবারগী শেংলবা নিংথৌগী থারা অসিবু কনানা কনবিরগবা! মিনাই মুপীগী মচা বনবীরনা মিবারগী সিংহাসন পাম্বগী মরমনা মিবারগী পোমলিবা লৈরাং অসিবু পোম-লিঙৈদা মাংহনগে হাঈত্নুা চংশিল্লকলে।

বনবীরনা শত্তোকলবা থাংগী জগোই শারত্নুা, নোংশাগী লাল্লাও লাউরত্নুা উদয়সিংহগী তুম্ফম তান্না চংশিল্লকলে। মাংদা য়োকচবী পান্নাবু উত্নুা বনবীরনা লাউরকই "পান্না! উদয়

কদাইদা লৈখ্রবগে ?” হৈশিংলবী পান্নানা বনবীরগী লাকলিবা খোংথাং উবদা পুকনিংদা চিংনবা পোকলে। চথোকলকলিবা থবক্কী লমদা চংশিনবস্মু ঙমদ্রে, হজ্জিনবস্মু ঙমদ্রে। বনবীরগী অঙাওবগী মতমগুম্বা ফিভম অদু উবদা চিম্বাল কংথিরম্মী—মাহাকনা ৱা ঙাংথোকপা ঙমদ্রদুনা খুদোম্বীনা মাহাকনা পোকচবা মচানা তূমলিবা কাংথোন অদুদা থিল্লমলগা অতোপ্পা পাম্বৈ অমনা উদয়সিংহবু লাম্বনগী মপান্দা পুথোকনবা লাকনখি। বনবীরনা য়োকচবীগী মচা অদুবু হাৎলগা অতোপ্পা অমাংবগী থবক অমা পাংথোকনবগী থোকখিরম্মী। সংগ্রামসিংহগী মুংথিগদৌরিবা ধারাবু ঙসি কনানা কনবিরগবা নিংঙম্মী। ঙসি পাম্বৈ লৈত্রবা তোল্লবা নুপীগী জাত্তস্মু পোকলবী য়োকচবী অমমা অকনবা য়েকনবগী খয়াত্তগী উদয়সিংহবু কল্লে। মাহাক্নুম্বা নুপীগী মফমদদি মশাগী মথৱাই থাবদি অরাই-বনি ; মপুক্কুগী থোকপা মচাবু য়েকনবদা কথোক্নুনা মবুংঙোগী মচা কনবা হাঙ্গবা অসি নুপীগী মরক্তা অতাংবনি।

---

## উনা করি হাঙ্গরিবা ?

পরেং পরেং হৌরিবা পৃথ্বী লৈতেং ওইরিবা  
উহৈপাম্বী খিবিকনা,  
তাইবংমীবু নোকনরি হন্না হন্না পাউমেল্লি  
মীগী পংবা উদুনা।  
লনগী মপু ওইরগা মীকোক থোংবা ফংলগা  
করিগী নকোক হাইগৎপা !  
অৱাবদা তারগা অনংবা দশা ফংলগা  
করিগী মীথোং চুপ্পুবা !

ঐখোই উগী মতৌগুম মরাইলুকনা চৎপগুম
মহৈগী নাপল তৌগনু।
তাইবংমীগী মতৌগুম মীগী খুয়াদা চংবগুম
ইকাইখুমনবা থাগনু
শাউদববু ঙংজবা য়েংউ ঐখোই উগুম্বা
কনা উবা লৈবগে ?
ইকোক'থক্তা ফুজরো চৈনাখোনবু পীজরো
অথুম্বা উহৈ পীবিগে।

ৱাহং।

১। ৱারেং অসি গদ্য তৌথোকউ।
২। উদগী ঐখোইগী করি তমনিংঙাই লৈবগে ?
৩। ৱারেং অসিগী ভাবার্থ করিনো হাঈয়ু।

## আরব অমসুং মহম্মদ।

আরব হাঈবা অসি এশিয়া মহাদেশগী নোংচুপথংবা সমদ্রু তোর্ব্বান্দা লৈবা লৈবাক অমনি। মাসি মহোশাগী অকিবগী মশক ওইবা শকফমনা তিল্লবা লৈবাকনি। মাইকৈ মরিদা লৈঙোইনা মৈখু কাবগুম ফুং ফুং কারি। মফম মফম খুদিংদা ঈশিং, উ-ৱা নাপী-শীংবী হৌদ্রবা লৈকংলানা মপাল নাইদ্রবা মৈগী সমদ্রুগুমনা তান্থনা লৈরি। মফম অমদা উপাল ৱাপাল হৌদ্রবা চীংজাওনা পনগুমনা খাজিল্লি। নুমিৎ খুদিংগী শারবা নুমিৎকী মৈশানা প্রলয়গী মৈগুমনা আরব লৈবাকপু চাকুনা

থমলি। মীগী পুকনিং হকচাংবু ইংহল্লিবা মুংশিৎনা মৈরিক্তা লোঙ্গননা শিত্তুনা আরবচৎপা মীগী ৱাহন্নবগী মশক ওইরি। লৈঙোই মরিকনা অতিয়ামালং অসি তত্তনা মমতুনা লৈ। মরক মরক্তা ঈশিংচেনবা নাপীহোবা লমদম ফংঙি; তৌইগুম্বস্মুং মাতুগা পান্দমনরুবদা মাইকৈ মরিগী লমদম অতু অমুকহেন্না অকিবগী মশক ওইনা নিংহল্লি। চীংদগী তুরেন চেন্থবকই; তৌইগুম্বস্মুং চৎলমচৎফাত্রিঙৈনা খোৱাংলবা লৈকংলমনা য়োংশিল্লি। মফম অমদা চহি কুমজা অস্থপ কুইরবা অসি নোংগী মরিক অমতা তাদ্রি। তোর্ব্বান্দা লৈবা লমদম খরা নত্তনা আরবকী মফম পুমনমক্তা অসিমঙাই।

অস্থুম্বা অকিবগী মশক ওইরবা লৈবাক অসিদা জাৎ অহুম্মখক তারম্মী। জাৎ অমনা খুঙ্গংদা লৈতুনা আফ্রিকা, পারস্য অমস্মুং ভারতবর্ষগা লল্লোল্লি। জাৎ অমনা উটকী পাম্বৈনা মরুভূমিদা লল্লোনপোৎ পুতুনা মিশর, পালেষ্টাইন, সিরিয়ানচিংবা লৈবাক্তা হঙ্গংহন্দা চৎলি। অহুমগুবা জাৎ অতুদি শগোল, উট অমস্মুং য়াউ পুতুনা মাইকৈ মরিমক্তা কোঙ্গচৎ চৎলি। মাখোইগী লৈনবা য়ুম লৈরমদে; মুমিৎ তরানি লেন্নবা মফম নাইরমদে। মী তাদ্রবা লম্পাক্তা, চৎনথোকনদ্রবা লৈকংলাদা কোঙ্গতুনা মতম লেল্লি, মাখোই অতুবু বেদুইন কৌই। নিংথৌ কয়াগী খুভম কাঙ্গখ্রে, পৃথিবী অসিদা হোংবা নত্রগা ওনবগী ঈচেল কয়া চেনখ্রে, তৌইগুম্বস্মুং বেদুইনশিংগীদি হিরম অমতদস্মু ওনবা হাঙ্গবা লৈত্রি। মাখোইনা মনিংমখাতম্বনা খ্বাইদগী হেন্না পামতুনা চীং-মান্দতা লৈনিংই। মাখোইনা হাঙ্গ "লাইনা ঐখোইগী লুহুপকী মহুত্তা কোয়েৎ, লাম্বনগী মহুত্তা কবাকথাং, য়ুমগী মহুত্তা দস্তুর অমস্মুং নিংথৌগী হোনবী (আইন) গী মহুত্তা ৱায়েং শীমবিরম্মী। মাখোইনা কনাগী ৱারকইনবা লৈতে, অতিয়াদা পাইখা উচেককুমনা, লৈকংলাদা শিৎপা মালংবত্তমনা মফম খুদিংদা মনিংতমনা কোঙ্গচৎ

চৎলি। মাখোই অসিগী মরক্তা শাগে য়ামনা খাঙ্গৈরি। মাখোই মশেনমক্কী মরক্তা অহিং মুংথিল খাঙ্গদনা কল্লকপা য়েকনবা অমসুং লানগী মৈনা অমুৎপা নাইদনা চাক্লুনা লৈ। অতুগা চহি অমগী মনুংদা থা মরিতদি অশেংবা থানি হাঙ্গৈনা নিংতুনা খৎনবা তোকই ; মতম অদুদদি মখোক্তগী থাং শক্তোক্লুনা থমই। মনুং অদুদা মাখোইগী মপা-মমা হাৎপা মীমক উনরবসু মাখোইবু য়েংথীবা তৌরুদে।

মাখোইগী মরক্তা অমুক হৌনবী, চৎনবী হাঙ্গৈবা নাইদে। নিংবু নিংলবদি অমুক্তদা মুপী য়ামনা হেক থি, অদুগা খুদোং চারোইদবা উরগা মাখোই পুন্নমক অদু খাইনদুনা অৱাবগী ঈপাক্তা হুন্দোকপদসু মাখোইনা করি অমতা চিংনবা তৌদে। মচামুপী পোকলবদি ফত্তবা খুদিলনি হাঙ্গৈনা খন্দুনা মতম অয়াম্বদা হিংনা হিংনা হেক ফুমজিল্লি। হূরানবতনা মাখোইগী মথৱাই হিংনৈ। মরুভূমিদা লল্লোনবা মী উরবদি অরাপ্পা মফমদগী ইখংখংহৌদনা নোংলৈগী মতৌগুমনা লাক্লুনা হাৎলমলগা মিৎনা-কুপ্পা অমগী মনুংদা কদাইদা চৎথিবা খংবা ঙমহৌদে। অদুমনদি ঙইরগা মীয়োক মীচান ফবদসু হাঙ্গৈনিংঙাই লৈতে। লংফৈচৎপ-শিংবু মাগী মাগী দস্তুরদা থুংহন্নবগীদমক্তা মাখোইমশেল ইমুনাইমু তানবদসু হনবা তৌদে। অহিংদা লম্মাংনরগা লংফৈচৎপা মীশিংনা মাখোইগী লৈফম উনবগীদমক চীংদোন্দা মৈ থাদুনা থমই। মাখোইগা লোঙ্গননা অমুক্তং চামিন্নবা ফংলবদি মী অদুবু মাখোইনা অমুক য়েংথিবা তৌদ্রে।

তম্পাক্তা লৈবা আরবশিংনা অয়ুক অঙনবদা নোংপোক মাই-কৈদা থোরকপা অনৌবা মুমিৎকী নিংথিজবা উরগা অমদি মুমিৎয়ুংবগী শারবা মুমিৎকী মশেকনা মশাদা য়ৈরগা মাহাক্কী পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা মতিক-মগুণ অদু উদুনা মপুকনিং তুজুং হয়াওনৈ। অদুগা মমৈদা মুমিৎ অদুনা নোংচুপ চীংয়া পকখ্রবদা

অমসুং মমলবা অতিয়াগী মশাদা অমমম ওইনা মশীংনাইদ্রবা থব্রাম্মিচাকনা শাস্তোকলকপা উবদা লাকপা ঙমদ্রবা আৱবশিংগী থম্মোই অহু নুংঙাইবনা খুত্থমচনখিহুনা খুকউ লৈবাকতা, খুবাং-চাংজো লোন্নমা মাহাকপু লৈশিলৈথোল্লি। অহুগা অহিংদা তাংথক নাইদ্রবা থাগী ইংলবা থাবন্না শংবানবা অতিয়া অপুম্বা শীনব-থুংনা ঙাল্লকলবদা মতম অহুগী নিংথিজরবা উহুনা হৌনবা খংদ্রবা আৱবশিংগী থম্মোই অহু শুস্কাংলি। শক্তিক-থবানা থোকপা তাবা, গ্রহশিংনা অতিয়া মকোঙ্গদা কোঙ্গবা, মাথোংগী খোংচৎ মতুংইন্না নিংথমকাম্বীনচিংবা ঋতু থাঙ্গবা, থৌহুনুংথক ফাওবা অনৌবা য়েন্নৌ চোংবা, অনৌবা হৈরাংলৈরাংনা পামেল লৈতেংনবা উৱগা মাথোই অহুবু মাথোইবু লোইবা মপুনি হাঙ্গনা নিংহুনা তমথীরবা আৱব-শিংনা মিৎলুদা তরংলাইজা শিন্থনা মাথোইবু ঈৱাংলি।

অসিদসু নত্তনা শগোল, উট, উৱা, চীং অমসুং নূংনচিংবসু ঈৱাৎনরমঈ। শাগে খুদিংমক্কী তোঙান তোঙানবা লাই অমসুং লাইশং লৈরম্মী। ঈৱাৎলিবশিংনা লাইবু পেলহন্নবগীদমক লাইশংদা মী কম্বা ঙমলবদি য়ামনা নুঙাইনৈ। মক্কাদা কাবা হাঙ্গবা লাইশং অসি আৱবতা লৈবা জাৎ অপুম্বগী য়ামনা লুনা তৌনফমনি। মাসি খৃষ্টাব্দ হৌদ্রিবৈংগী মমাংদগীনা আৱবতা মমিং চৎলকলিবনি। কাবামসজিদতা লাই ৩৬০ রোম থমলম্মী। আৱবশিংনা চহিগী মনুংদা নুতিগী লাই অমমমবু ঈৱাৎলি।

রোমশিংনা পালেস্তাইন লৌহুনা য়িহুদিশিংবু লৈবা হৌৱকল্লবদা অমদি জেরুজালেম সহরনা মুৎখ্রবদা মশীংলাকঙমদ্রবা য়িহুদিনা আৱবতা খুন্দাবা হৌখিদি হাঙ্গববু মাথোইস্থ মফম অসি হেক য়ৌৱকপগা মপামপুগী ধর্ম্ম লাই হাঙ্গবা অসিদি অমতনি হাঙ্গবা অহু কাউখিহুনা মখলমখা অয়াম্বা লাই শাহুনা ঈৱাৎপা হৌৱকলে। মাথোইনা আৱবশিংদা ধর্ম্মগী মৱমদা থোইদোকপা অফবা খুদম

উৎপা ঙমখিদে। মরৈবাক্তা লৈবা ঙমখিদ্রবা খৃষ্টান পাদ্রীশিংনা মতম অমদা আরবকী চীংয়া তময়া পুমনমক্তা খুন্দাখিদি হাঙববু মাখোইস্ন আরবতা লাকলগা খৃষ্টধর্ম্মগী মরুওইবা ৱা কাউথোক-খিন্নুনা মেরী অমসুং যিশুগী মূর্ত্তি ঈরাৎপনা মরুওইবা ধর্ম্মনি হাঙনা নিংখি।

অস্নুমনা ঐখোইগী এশিয়া মহাদেশদসু ধর্ম্ম কয়া মথংমথং ওনখ্রে। পৃথিবীগী অয়াম্বা শরুক্তা বৌদ্ধধর্ম্মগী থৱাইশোকলবা মীগী পামনফম ওইরবা থৌজানগী ৱা শন্দোকখ্রে; তৌইগুম্বসুং তমথীরবা আরবকী মফমদদি ধর্ম্ম অদু য়োৌবা ঙমখিদে।

আরবকী অসিগুম্বা অৱাবা মতৌ অসি উত্নুনা ঈশ্বরনা মাহাক্কী মতিকচাবা মুপা অমা মক্কা সহরদা থাবিরকলম্মী। অওইবমক হজরত মহম্মদনা পোকপা অসি মতমকুইনা লুপ্পুনা লৈরবা নরক্কী কোমদগী আরবপু কনবিনবগীদমকনি। পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুমনমকনা শোকপা ঙমদ্রবা আরবকী থম্মোইদা অমতা ওইবা ঈশ্বরগী থাজবা পোকহনবা অসি মহম্মদ নত্তুনা কনানা ঙমখিবগে? মাহাক্কা অথোইবা ধর্ম্মগী খুদমনা আরব পুমনমক অপংবনা মস্বদগী কোক্নুনা, অমগা অমগা লান্থীনবা তোক্নুনা অমসুং লাকঙমদ্রবা আরব পুমনমকপু অমতা ওইবগী লাইরানা ফাজিনবিত্নুনা পৃথিবীদা অকনবা জাৎ অমা ওইহনখি।

## ৱাহং

১। আরব লৈবাক হাঙবা অসি করম্বা লমদানি হাঙনা নিংবগে?
২। হজরত মহম্মদ হাঙবা অসি কনানো?

## অশাউবা ।

কৃষ্ণগী ব্রাহৈ তাবদা
যুধিষ্ঠিরনা খুমলকই ।
অশাউবগা মান্নবা পাপ
তেংবানবদা লৈতরে ।
শাউরবা মতম অত্তুদা
থর্কাস খাসি খংঙক্তে ।
শাউরবা চিনবানথোংদস্মু
হাঙনি হাঙরোই মাইরক্তে ।
অতৈগী ব্রাদি থম্মুখো
মশানা য়েকনবা ওইজরে ।
অশাউবগী মরমনা
মীনা মশা হাৎচরি ।
মরম অসিমক্তনা
অশিংবনা শাউনদ্রি ।
শাউবনা ব্রাবা পোকপনি,
শাউবনা শাগৈ মাংবনি ।
অস্মুম্বা অশাউবা অসিবু
ওমজরবা মীশিংনা,
ইরাঙলাঙনা লানবনি
মরোন'নিমক অসিবু ।
( মহাভারত )

## ব্রাহং ।

১। বারেং অসিগী মরু ওইবা বা নশাগী লোন্দা ইরকউ ।



# হাজি মহম্মদ মহসিন।

## ( মীগী মতেংপাংবা )

লন অমস্নুং মীগী পুনশি হাঙবা অসি থমনাদা পকপা ঈশিংগুম্বনি। মরম অসিমক্তনা অশিংবা মী পুমনমকনা অরেপ্পা লৈত্রবা লনগী মহুত্তা তাইবংপানবদা অমাংঅতা লৈত্রবা মিংচৎ ফংনবগীদমক মশাগী লন অমস্নুং থরাইমকপু থাদোকুনা মীগী কান্নবা তৌই। ঐগী কান্নবা নিংবা লৈতবা দান অহুনা অথোইবনি। পুমনমকনা মাগী মমিং তাদবা লৈত্রবা হাজি মহম্মদনা ঐথোইদা দান তৌবগী অথোইবা খুদম পুমনমক উৎপিরমলে।

মতম অমদা হুগলি হাঙবা সহর অসি য়ামনা চাউবা সহর অমা ওইরম্মী, লল্লোন ইতিকনবগীদমক মতম অহুদা মাইকৈ মরিমক্তগী মী লাকুনা হুগলিদা লৈরম্মী। অসিগুম্বা মতম অসিদা আগ ফয়জুল্লা কৌবা লল্লোনবা মুপা অমা পারস্য লৈবাক্তগী লাকুন হুগলিদা তারম্মী। হাজি ফয়জুল্লা হাঙবা অসি মাহাক্কী মচানি মাহাকনা হুগলি অমস্নুং মুরশিদবাদ মফম অনিমক তূনা লল্লোললম্মী তৌইগুম্বস্নুং লাইনোংদমনা মাহাক নংথরকলে; মতুংদা মাহাকন মুর্শিদাবাদকী দোকান থাদোকুনা হুগলিদা লৈখি। মতম অহুদ হুগলিদা মতাহর কৌবা নিংথৌরেন আউরঙ্গজেবকী অচানবা মনা অমসু সরকারগী লৌচা য়ামনা ফংহুনা লৈরম্মী। মতাহরনা শিরবা মাগী মচানুপী মনুজান্না মপাগী লন্থুম পুমনমক ফংহৌই। মতাহরগ মতূনা মরাগী মরনমথুম অমতা ফংহৌত্রে। মাহাকনা মতম অহু তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা ফয়জুল্লাদা লৈবা তাখি। হাজি মহম্মদ মহসি হাঙবা অসি মাহাকী গর্ভদা খৃষ্টাব্দ ১৭৩২ শুবদা পোকই।

:পোকমিন্নদবা ওইৱবস্যু, মচেনা মপাল নাইত্রবা লনগী মপু অহুগা মপুৱানা লাইৱবা ওইহুনস্যু, মচিনমপুৱা অনি অহু য়াঁমনা চান্নৱম্মী। মাখোই অনিমক শিবাজী কোবা ওজা অমদা মহৈ তম্মিন্নে। অঙাংদি নিংথাদা খংভি হাঙ্গৈহুনা মহসিন্না মহৈত্তম্বদা য়াঁমনা পুকনিং চংলম্মী। ওজাগী মচিন্দগী লৈবাক লৈবাক্কী ৱা তাবা অহুদা মাহাক্কী মপুকনিংদা লৈবাক কোঙ্গৈগে হাঙ্গৈনা নিংখিৱম্মী, অমস্যুং তারব পারস্যনচিংবা লৈবাক কোঙ্গৈহুনা অয়াম্বা লোন্নচিংবা হৈখি। শেন্তবু লৈৱবদি য়েকনবা য়াম্মি। য়েকনবশিংনা মন্নুজানবু হাৎকে হোৎনবগী মশীং নাইখিদে তোইগুম্বস্যুং শিংলবা মহসিনগী লৈশিংগী পাম্বৈনা মাখোইনা হোৎনবা পুমনমক মহৈ য়ানবা ঙমখিদে। মাসিদগী মাহাকনা য়ুম্বানবগী হিৱম পুমনমক থাদোক্কে নিংখি। কোৱান পাবা, ধর্ম্মগী মৱমদা নৈনবা, মীগী কান্ননবা তৌবনা মাহাক্কী পুনশিগী ৱাশক ওইখিৱম্মী।

মতুংদা সালাউদ্দিন কোবা নুপা অমনা মন্নুজান লৌই। তোইগুম্বস্যুং লুহোংবগী মতুং কয়া কুইদনা সালাউদ্দিন শিৱে। অসোমদা মন্নুজানস্যু অহল ওইশিল্লকলে। খৃষ্টাব্দ ১৮০৩ শুবদা মাহাকনা শিৱবদা মহসিন্না মাগী লন পুমনমক্কী মপু ওইখি।

তোইগুম্বস্যুং সংসাৱগী হিৱম পুমনমক অপাম্বা লৈত্রবা মহসিন্না শেন ফংহুনা কৱি থোইনা পামহৌনৱুফম লৈবগে? মাহাকনা নিংখি, শেন্থুম অহু মাহাক্কী শেৎ-চানবা নত্তে; মীগী কান্নবদা তংনবগীদমকনি। মাহাকনা লুপা লাখ ৩ মীগী কান্ননবগীদমক্তা দান তৌখিৱম্মী।

হুগলি কলেজ হাঙ্গৈবা অসি মাহাক্কী শেন্না লিংখৎপনি। মাহাক্কী শেন্না হুগলিগী মমিং চৎলবা ইমামবাড়ী শাবা লোইনৈ। মতম অহুগী অনংবা মুসলমান ছাত্রশিংগী তম্বদা খুদোংচানবগী-

দমক অয়াম্বা স্কুলদা অমসুং মাদ্রাসাদা বৃত্তিগী থৌরাং তৌবি মফম মফম খুদিংদা অনালায়েংশং লিংখৎখি। শমনা হাঈরবদা মতম অহুদা তৌখিবা অফবা থবক অমতসু মাহাকনা মতেং পাংখিদবা য়াওদে। মুমিৎ খুদিংগীমক মতম অহুগী লাইরবা অনংবশিংনা মাহাক্কী পীনবা দান ফংজহুনা পেন্নখি। অসুমনা পীনহৈবগী অঙকপা খুদম পুমনমক থম্বিরমলগা মহসিন্না খৃষ্টাব্দ ১৮১২ শুবদা শিখি।

---

## ৱাদনা মুংঙাইবা লৈব্রা ?

হে লংকৈচৎপা করিগী হল্লিবা
লম্বী শাংবা উদুনা।
লৈখোম কিরবদি তিংখং খোরবদি
করমনা থম্বাল হেক্কনি।
লাইরবা মুপা মাইথোংমকলিবা
করিগী তেংথানরিবা।
চেকশিল্লা চেকয়ুম শাই ফাদোকলা ফরা শাই
[ ৱাদনা মুংঙাইবা লৈব্রা ? ]

ৱাহং।

১। ৱারেং অসিগী পাউতাক করিনো ?
২। মাসি গন্ত তৌথোকউ।
৩। মথাদা ইরিবা ৱাহৈ অসি হাপ্তুনা ৱাহৈ পরেং লেংউ।—
পুকনিংতুজুং, থৌবা, অহোইনহুম, মরী ককপা, লাম্নবা।

---

## লমচৎ।

লমচৎ হাঙৈবা অসি মীওইবগী মমন্নাইদ্রবা লৈতেংনি। নংগী নিংথিজরবা ফিজেৎ নত্রগ মমল য়ামলবা লৈতেংনা নংগী ইকাই-খুমনবা কদাইমখৈ চাওখৎনবগে হাঙৈবা অতু নংস্সু খন্থহুনা ৎয়েং-লবদি খংবা ঙমগনি। অওইবমক মীগী ভক্তি অমস্সুং ইকাইখুমনবা চাওখৎহনবদি নংগী ফজবা লৈতেং নত্রগা পুকনিংহূনবগী মশক ওইবা ফিজেৎচাকচানা নত্তে—মরুবু, মীওইবগী ফজবা লমচৎনি। অতোনবা অমস্সুং লাইরবা মীস্সু মাহাক্কী ফজবা লমচত্তনা মীগী কয়াদা ভক্তি তৌনফম অমস্সুং ইকাইখুমনফম ওইবা ঙমবগে হাঙৈবা ঐখোইনা ভত্তনা উর। মচৎ ফত্তবা মীনা মরন লৈহনস্সু মফম অয়ামবদা লৈবাক্কী, মগী লৈকোকলৈকাইগী, মাগী শাগৈ-নাতৈগী, করি অমুক হাঙৈগনি মতম অয়ামবদা মশাগী য়েনা কান্নরবা ঙমদে।

অমুক, ফজবা লমচৎ হাঙৈবা অসি মীওইবগী ফংঙমদ্রবা লনগী মশকনি। মাসিবু ফংখ্রবদা মী অহুনা অমুক লেমনা মাংবা লৈত্রে। ফজবা লমচৎকী মগক ওইরবা লন অসি ফংখ্রবা মীতনা তেংবানবদা চাওখৎপা ঙম্মি, অসিগুম্বা মীতনা তাইবংপানবদা চিংলিঙৈদা ইকাইখুমনবা খুভম অহুগা শিরগস্সু মক্তুবা মিংচৎ থনম্বা ঙমহুনা মীওইনা পোকপগী মহে য়ান্নে। ঐখোইনা হাঙৈনৈ, সনা মোহর লখা অমা থনম্ববুদি লমচৎ ফজবা মচা অমতং থনম্বনা মাগী শাগৈগী কান্নবা ওইরৈ। করিনা, মপানা খরা থনম্বহুনা চাওখৎনবা হোৎনবা মরমনা মচৎফজবা মচানা মপা মপুগী অরান খুভম ফংনবা লম্বীগী লময়ান্নবা ঙমহুনা অমস্সুং লন অহুনা মথংমথং চাওখৎনবা শীন্দুনা মশাগী, মাগী শাগৈনাতৈগী, নত্রগা মরৈবাক্কী চাওখৎনবা হোৎনহুনা মাহাক পোকপগী কান্নফম থংহনবা ঙমনৈ।

অমরোমদা, মচৎ ফত্রবা মচা অন্তুনা মপানা ৱানা তাল্লমলবা লন মখল অপূন্বা অরেম্বদা মাংহন্দুনা পুনশি অনিমক অহুবু অরেম্বা তাহল্লি।

শাগৈগী ইকাইখুমনবা, লনগী মর্য্যাদা অমস্থং মহৈগী তাংলবা ভক্তিনচিংবা অপূম্বা ফত্তবা লমচৎনা অমুক্তদা লিকলি থুগাঈবগুম পুম্মাং মাংহল্লি। শাগৈ অচৌবদা পোক্তুনা লমচৎপু ফত্রবদি কনানা মাবু ইকাইখুমননিংবগে? মচৎফত্তবা মীনা মহৈহৈবদি বনাগীস্থু কান্নফম ওইদে। মাহাকনা মাহাক্কী তাংলবা মহৈ অহুবু ফত্তবতদা শীজিন্নহুনা লৈবাক্কী, জাৎকী অমস্থং মাহাক্কী বংশগী মাংনবগী মশক্তা ওইরে। মচৎফত্তবা মীবু মীনা মহুপানবা লিনগী মতৌগুম কিনৈ। মরমদি মাহাকনা মীগী মাংনবা নত্তনা ফনবা তৌবা মহৌশানা খংদে। মাহাক্কী পুকনিং অহুদা মতম পুমনমক্তা নরক্কী অমম্বা মমি অমা তাহুনা লৈ। মাহাকনা হিংহুনা পানবা তসি মাহাক্কী অমস্থং অতোপ্পগী ৱাননবা অহুগা শিরংস্থু নরক্কী তীল ওইননবগী মশক্তা ওইনৈ। মরম অসিনা মী পুমনমক নহা ওইরিবৈদগী মরমচৎ ফজননবা লাকনবা হৌনৈ।—করিনা, নহা ওইরিবৈদগী হোৎনহৌদহুনা ফত্তব লমচৎকী হৌনবী ওইবা পোৎ অহুনা অঙাংগী থমোইগী লাইয়ুমদা অমুক্তং কাওখ্রবদা মাহু হাৎনবা লাকনবা ফনা লুই।

তম্বা অমস্থং নৈনবনা মীওইবগী লমচৎ শেমনৈ। মরম অসিনা মমামপা ওইবনা মচাগী অহানবা তৌবিগদবা থবক্ত—মচাগী লমচৎফনবা হোৎনবা অসিতনি। অঙাংগী পুকনিং হাঈবা অসি তৱবা মিংশেনগুম্বনি; মাগী মমাংদা থম্বা অহুদা হেক্তা মমি তাই। মরম অদুনা মতম পুমনমক্তা অঙাংগী মমাংদা অফবা লমচৎকী খুদমদা উৎনবা লাকনবনা অচুম্বনি হাঈবা অসিদি হাঈহুনবু অরেম্বনি। তিম্নবা মরুপ হাঈবা অসি অঙাংগী লমচৎ

ণমগৎনবগী মরুওইবা খুৎলাই অমনি। ফত্তবা অঙাং কয়া অফবা ঙ্গ তিন্নবদগী ফখিবা অহুগা· অফবা অঙাং কয়াস্থু ফত্তবা সঙ্গদগী াংখিবা উই। ময়ম অহুনা তিন্নবা সঙ্গগী মরমদা মিৎয়েংচংবা াসি অঙাংশিংগী অমস্থুং মমামপা ওইবগী তৌগদবা অমনি।

## য়াহং।

১। লমচৎ ফজবনা করি কান্নবগে ?

২। ফজবা সঙ্গনা লমচৎ ফজনবগী মরীদা করি কান্নবগে ?

৩। মথাদা ইরিবা বাহৈশিং অসি হাপ্তুনা বাহৈপরেং অমমম লেংউ। মন্নাইদ্রবা, ফংঙমদ্রবা পলেম, চিংঙু, মশাবি, মালেম, লৈরাং, লোইবী, াপোম, খোইরা, কান্বী।

৪। মথাদা ইরিবা অহাংবা মফম অসি মতাচাবা বাহৈ হাপ্তুনা ফুজিল্লু। ামনা—হাঙ্গৈবা বনগী—উহুনা—য়ামনা পেনখি। মমাগী—থকলিবা শজি - —খুহুংইন্দুনা—ফিরান শ.হুনা— —জগোই শারম্মী। —কোকিলশিংনা -ংথক্তা তো.হুনা —খোংবা তাহুনা— —শুঙ্কৎলি।

৫। মথাদা ইরিবশিং অসিগা চানবা করি পাউরৌ লৈবগে ?
ক) শিবগী অরেপ্পা মতম লৈতে। (খ) নমানপানা নংবু ফুবদি নংগী ননবগীদমক্তনি। (গ) নুংঙাইগে হাঙ্গৈরবদি কম্না নোম্মু। (ঘ) অরেম্বা বক তৌহুনা মতম মাংহনগনু। (ঙ) হন্না হন্না হোৎনরগা থবক পাংবনি।

৬। মথাগী ইরিবশিং অসিগী থেননবা তাকউ।
াঙ্গৈরকই, হাঙ্গৈরুঙ্গৈ, হাঙ্গৈরকখিগে, হাঙ্গৈরম্মুঙ্গৈ, হাঙ্গৈরমখিগে, হাঙ্গৈরুখিগে, াঙ্গৈরৈ।

## লোইরবা।

*2nd Edition—3,000/12-2-49.*